ফোঙজবী :  বীমলা দেবী

স্বত্ব পুন্নমক অইবগীনি।

১বা থুনম ১৯৬৫

২শুবা থুনম ১৯৭৪

কপী মশীং—১০০০

মমল লুপা ৪·৭৫

ফংকম :  ইম্ফালগী লাইব্রিক
য়োনবা তুকানশিং

নম্ফম :  ভাগ্যবতি কার্যালয়
চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস,
ইম্ফাল, মণিপুর।






কচচৱি—

৺খুমন্থেম কাওমচা
পন্থোগী খুম্না খাদা।

ৱারীশিং ঃ

## ইচেগী শক্ম

গৌহাটি ইউনিভরসিটিনা গৌহাটিদা লৈরিবৈগী রানি। হায়রিব মতম অসিদদি ইউনিভরসিটিগী ক্লাসশিং অসি কোতন কোলেজগী শঙশিংদা য়ায়রুনা তৌরম্মী। ইউনিভরসিটি ছাত্রশিংগী হোষ্টেল লৈরমদে। খুল্লক্তা মীগী রূম ভাড়া তৌরগা পুল্লপ পুল্লপ পুনশিন্দুনা লৈনরম্মী। ঐহাক্তি অহুগুম্বা মকম অহু কাওবদা সিট ফংলমদে। উপাই লৈত্ররুনা হোতেলদ লৈব তাখি। অস্তুম্বা "গ্রাণ্ড" হোতেলদ চহি অমা হৌজিনখ্রে।

হোতেলদ লৈরগা লাইৱিক তম্বা হায়বসি য়াম্না খুদোং চাবে, অসিগীম্তু মথক্তা, ঐনা লৈরম্বিবা হোতেল মখল অসিনমু থোইদোক্না ঐগী লাইৱিক ঊৱাইবগী য়াখলদা বৈরি ওইনা থোকখ্রে। অম্নবা ঊশিংবু নৈহনবদি অরুবা নত্তে, অমুক্তংবু নৈত্রবদি লূহম্ববা হোৎনবদা লাম্না থোক্কে। ঐগী য়াখলদ নত্তবা মখি তাম্নকপা খঙন খঙন খঙচমলক্কে। তরুম্না তূংহুনা লৈজম্বা পৃত্রীগী ঊশিংদো নৈম্বা ঊচাউনা খুম্নত্রবত্তুম কদায়না ঐগী য়াখলনো? ইত্তোমত লেপচব ওমত্রে।

সেকান্দ্রা নোংম মখোইদ চাককৌহুনা চাকই। মচনশিংনা তৌরম্বা সেবা মুংঙাইবগী অমখং লৈত্তে। ঐনা খনখি—মুংঙাইবব মুমদ করম্বগী মুপীগী নিংখিরবা সেবা কনম্বা মুপা অহুনা ওমদোইদব কদি লৈ। মখোইদগী হায়কপদা ঐনা সেকাদা হায়খি—

"সেকা ঐদি নহদোমা মুমদ মযাম সেবা তৌবিহুনা খুদোংখিদ্রবা ক্লাস শোক্কনা কংগনি।"

ঐগী রাসি তাবদা দেকানা কাক কাক নোকই, অতুগা ঐঙোন্দ ওনশিন্দুনা হায়রকই—

"অওইবরা?"

"শেন থানশি।"

"কয়া?"

"নংনা অপাম্বা শকক।"

মায় মায় ওনশিন্নতুনা যুংথংনরুম্বগা দেকানা হু হস্থিতুনা—"শেন থানত্রবসু নপুক্লিংনবু অতু য়োনা পাম্নবদি ঐ লৈরিদনা, নংনা হৈনগদবা যুমসি—" হায়রকপদা ঐনা ঙাইগুমত্রতুনা—

"কদোম্ভৈ?"

"ঙাইখোনে, তপ্ন খম্নবগা থোক্কদবনি, ঐখোয়বু ঙাইহাক সিনেমা য়েংবা কাওবা হোল হুংঙাইবা খল্লিব নত্রাও?"

"সেটসু।"

"নং হরিপদ নিংশিংলিবরা? ক্লাসদ ইশৈকা শকপদো?"

"ও ও সিল, হরিপদ সিল, মা কৈদোগ্রে ক্লাসদা শুকউ উখিত্রেনা?"

"কলকাতাদ চৎখ্রে হায়রে, অঙাওবা জাৎনি ঐঙোন্দ কাওবা তাক্লমদে।"

"ক্লাসদি তোক্লবা?"

"মাদি ইশৈনা মথরায়নি, কলাকায়নবু নংগী ক্লাস অসি কেয়ার তৌবী হায়ব্রাও?"

"হোয়নে হোয়নে মাগী রাদো তোক্লসি য়ুমগী রাদ চৎথসি।"

"হরিপদনা লৈরম্বা কাদো হৌজিক হাঙলে, হয়েং চৎলুসি।"

"হৌজিক য়েংখোকলুবসি ওসিগী সিনেমা ঐগী দায়িনি।"

"নংগী পনবু পল্লুবদি হেক্তা কুক কুক ইনশিল্লকপসিনবু।"

"আই আই, শারিঙৈদা রৈহো হায়বা পাউরোদো চুম্বদ নত্তে রাম্না কায়বাজাৎনি।"

"হোয়নে হোয়নে রা অমগা প্রমানগা পান্থেগ হেক্ক তৌশিন-লক্কদনি।"

"হোত্তেলগী টেক্সি পুসিরাও, কয়া লাপ্পা জাংনো ?"

"খোঃনা হেক্তা চংলদৌনি, রাদনা মুংভাইবা লৈরাও ?"

"নংগী পাউরৌসি য়ান্নদি ফজব জাংনি, অদুদা মকম চাত্রগদি মুপীগী মনাত্তোন শুমাংদ থুংবা শমক্র তাদুনা তোকদ্রা হায়বনি ?"

"নাতোন্দ থুংগে থুংসনু, মিত্তা থুংগে থুংসনু, ফজবা মীনবু তৌথোরক্লবদি তমজনফমনি।" মতাং অসিদা ঐ মায়থীরে হায়বা য়ারকুনা মাগী মভুং ইল্লে।

সোরোনিয়া পাহাড়গী অরাংথংবা চীংখোঙ অদু তানা খোঙনা লাক্লে। টেক্সি চঙবা রাবা লম্বী নংলমদ্রি; চানমারিদগী চীংখোঙ অসি তানা খা পাংনা হাইজিল্লকলিবা লম্বীনি নাকল অনিমক্তা লৌবুক্তি। পলটন বাজারগী লাওথবা মকম অদুদগী মসি য়োরকপসিদি পুক্লিং অসি ইনৌ নৌই। চীংখোঙ অসিদ তাররিব যুম অসি পংয়াম রামদে। লৈরন্মীবা মওংসু লোমীঙাক্লি। মরক অসিদা তিন্ন কুপ্প 'এল" মওংগী য়ুম মচা অমা চীংখোঙ পক্কা লৈরঘসিদি মতা অমা ওইনা ফজরে। "উ লৈতব লমদ কেগেন য়ুন্নী ওইনৈ" হায়বগুম্নদুনা, ইনা কুপ্পা মওং নাইদবা য়ুম ময়াম অসিগী মরক্তা তিন্ন কুপ্প অঙৌব অমা য়াওবসিদি ফুরা দলান নত্রবসু লেন ওইরে। ইংখোলগী অকোয়বদা খারিব শমবলদো রাচেংনি। য়ুমগী অকোয়বদ থারমলিব লৈ মথা অদুনা য়ুমসু অসি ফজবা হায়বদু পামজবত নত্তনা খঙসু খংভি হায়বা উংলি।

দেকানা মাঙ থাদুনা প্রপ প্রপ চঙত্রে, দারী ময়া অদুদা লেপ্তুনা "ইচে ইচে" হায়দুনা কৌরুরে। মিচুংখোঙগী পর্দার অদু হাইদোক্লগা লিংথোরকপা মাইখোং অদু ঙসি কাওবদ শং শং উরি, নিংশিংলুব নাইদন উরব মাইখোংনি, উথিনি। ময়েক শেংন য়াংলবা চিনবন্দো খজিন্তুং লেঙথিরগুমন মত্তৌই, অদুবু ঐদি মোমোন নোকথোক্লুরে। ঐ নোক্তে থয়ুব নত্তে, ঐ নোক্লুরমায়ে হারব কোয়া খঙলকপনি।

"উদব কুইরে, কদায়দ চৎলুই কাখৎলকউ।"

"সিদা লাকলিবনি" হায়রুনা কাখৎএ্রে, ঐস্থ মাগী মতুং ইন্দুনা প্রপ প্রপ চঙলে। মী কম্নবা কা অতুদ মতোমত কম্নম্মী। দেকানা—"সিং বাবুনি ঐগা তম্মীন্নব," ঐঙোন্দমুক ওনশিল্লরুনা 'ইচেনি।" ঐনা খুৎ লোন্নরুনা "নমস্তে" তৌই মাদি মখুত্ত মরোয়ে। হেক কমথবগ দেকানা—

"হরিপদনা লৈরম্মা কাদো মেনশিল্লসিদনা?"

য়ুম্বু অসিনা ঐঙোন্দ হাইফেৎ নোকই, ঐদি - থম্মোই য়োৎপ্রে মখোল থোক্তবতনি।

"মেন্নিংঙাইবু লৈরবরো?"

"লৈররুনবু হায়রিবনে।"

"সিং বাবুরনে?" হেক হায়রকপদ ঐ থম্মোই তিংতিং চোংই।

"ওইরেদনা।" দেকানা খুম্মী।

"ঐগীসিদ হৈবু হৈনগদ্রনে?

"ইচেন চানবীব চানবীদবগী রাতনি।" ঐনা খুম্মী।

হৈমা! অসমীয়া খঙবোইরে।"

"হায় বাঙ্গলা খর খর খঙই, অসিদা চহি খর লৈজরবনিন রাহে অমা অনিদি খঙজরে।"

"কাছাড়দগীরো?"

'ঐ, মনিপুরদগীনি।"

"সিং বাবুসে ঐখোইদ কাদি ইকাইরিবনি হায়রুনা রারী শাল্লদ চিন রাম্না লুখনি, সিদদি মুংশিৎ লীজেনা।"

ঐ হাইফেৎ ইকাইরপ তৌই। ইচেনা—"হৈমা মম্নদবু ইকাই খুম্নবরাও" হায়রকপরুদা ঐস্থ হরাওবোই করিবোই "হোয়নে" হায়দোক্লরে। ঐ চুম্নত হরাওব মস্তে লুতোল য়োৎপ্রবনি, ওসাইন হোভোলদগী ইপোৎ হৈচে পুহনা লাকচম্নমগদোবু, পঙপ্রেদা, অম্নমা ইতোথজবু নিন্দা তৌরম্নি। অদুগা অসি নেপালি মুপামচা অমনা চা পুশিল্লকই। ঐনা চাহ্ অপ

ওতুনা লৌরগ দেকাদ অতুদগী ইচেদ লানশিল্লি। ইচেদি হাইবেৎত নোকথি, দেকাদি হৌতুনা নোকথোরক্লে। সেকেণ্ড অময়োমদং ঙক-চানরুবগ ঐসু ভাব ইতা তাদনা ক্লাক কাক নোকই। ঐগি পুক্তাউ তাউখ্রে। মথং অয়ুক্তা হোতেলদগী পোংচৈ হোল্লকুনা ঐগী কা অতুবা কম্মুং কাল্লুং শেমজিন শাজিনবা কাওবতু খুনবা ঙমদব মঙতু মঙায়ঃখ্রে।

অসুম্না ইচেগীদা লৈরকপসি মুংঙাইবগী ঙমথৈ লৈতে; চামিরৈ, থকমিরৈ, কোয়মিরৈ। য়ুমদগী অরোইবা চহিনি হায়তুনা পৈশা পনখিবগা থারকপগা মারৈ। দেকানা পার্সেন্তেজগী রা পল্লকপদা ঐনা "রেরা লৈতে চহি অমগী এটেন্দেনসদি কেরানিদা লুপা ৫০ পীশিল্লগা কংগনি" হায়দোকই।

ইচেগী তোপ তোপ্পা মত খবদি লৈ, ঐনা থক থিজিন্নুদে মরমদি ঐগী তোঙানবা মত অমমুক লৈত্রে। ইচেগী অপাম্বদো ঐগীসু অপাম্বনি। মী কুওবা মরক্তা কুম্মৈ যেংলুবা য়াদে। কনা লুনা হায়নন্নুনসু নোং-মুংশিং মরক্তা য়ুমদগী মপান থোক্তে, মকোক্তা ঈশিং চোংবা য়াম্না হৈনদে। য়াওশঙ পেচকারী নুমিংতা মাগী কাদগী মপান থোকলক্তে। অতোপ্পা অমনা, ইচেগী তুম্নবা কা ইকজনকমগা কোম্নবতু য়াম্না চেকশিল্লি মী চঙহন্দে, কদৌঙৈদসু মিহুৎথোং হাংদোক্লগা তুমদে। মরম অসিমক্তা মহাক অচিকপা অইংবা মকমসি থিতুনা মযুম শাররনি। মাগী তোপ তোপ্পা শাজৎশিং অসিবু ঐনা মগুণনি হায়না লৌই। ইচেসি য়াম্না হৈনা কে, মহাকী মশম মশেম মতম অপুম্বদা হোংদে। শকী কজবদি নাতোন নম্বা মিৎ খুবা মকমদগী লাকপা ঐহাক্তী মকমদদি অমুক শন্দোক্লা হায়রুনিংঙাই লৈতে, ইচেনা কজবনা মহেল্লি।

ঐগী পুক্লিংদা পেঙ্গদবা মরম খরদি লৈ—ঐগী কজবদো মীনা উবিত্রবদি কান্নবা লৈতে। ঐনা কোয়থোকপদা লোয়নজয়িবা কজবীসে ময়াম্বুসু উহল্লীংঙি। মসি মহাক্তী রাখলগদি পুমওন ওয়ৈ, মাদি [illegible] মীনা উথিদনবা হোংলৈ। মী উহল্লিংত্রবদি মাদি কয়িগী কেরি, [illegible] শক্তা লৈতেং তৌরি, অমুকসু শেন্নী? অমুকী চা থকনিরবা [illegible]

নিংথিরবা শক অহু অমুকসু শেমজিল্লগা থোরকই। অসুক কুইনা লৈমিন্নরল্লবা কাওবসিদা নোংমতসু মহাক্কী লোইশিন থমজিন্দবা হকচাং, নিংথিনা লৈতেংদবা মায়থোং থেংনরক্তি। অহুদি মানা কেরিবসি মথন্তগীরা? মথন্তগী মশকপু মথন্তা য়েংজরগা পেঙ্গবা ঙাংলা? 'নর্সিসস" গুম মহাকসু মশাগী মশক্তবু মুংশিজরুররবরা? অমদি লৈ, মা ঐবুদি উহন্নীংঙি। ঐনা চংথোকলমদাইদা নংহৌরোইদবা মতাগুম প্রপ প্রপ কেরগা ঐগী কাদা নত্রগা মাঙ্গোলদা কপ্পা তোক্তে। মহাক মতোমতা চথোক্তে। কুম্মৈ য়েংলুদোগুম শেম শারগা ঐবু উহনবা নোংমতা কাংদে। ঐগী থৌরাংলবা থম্মোয়না মিতাববু উরগা মহাক্কী মায়থোং মকালম্মী। অহুনদি মানা ঐবু মুংশিরে। রাখল অসিদনি ঐনা ঐবু কাউরিবা। অহুদা ঐনা মুংঙাইতবা অমনা মাগী তুমকম কাদা চঙহন্নীংদবা মতৌসিনি। মৈতৈ কাংখল অশিঙবা অমা ঐনা শীবদো থনবিবা মুমন্তা চঙলুবা অহুদগী হেন্না মাগী কাদা থোং থাংজিল্লুত্রি। ঐনা পামজরুবগনি রাশি তেনথিবনা মহাক্কী মথুং ফাওবা নোংমতা শোক্লুবা ঙমত্রি। ঐ পাংমন্দে খনবনা থম্মোয় লাঈনা ওইগদৌরে। নোংমদি খুবাক মায় য়েংনবা লাইরিক অমা লৈহুনা পারে। ইচেদা খুবাক মরি য়েংবিগে হায়হুনা মথুং অনিমক পায়রে। অসুম্না ইবুঙ্কিনা লৌশিং তৌহুনা মথুং মথৈদি পায়বা ফংলে। ওম্মোকপনি! মথুং পায়বা ফংলুবা অসিনা মৈ ওল্লবা শীঙদা কামথংলুবগুম থোকপ্রে, থৌরাংলবা থম্মোয়দা মৈরি থোক্লা চাকথংলক্লে। ঐগী মিত্তা, ঐগী রাঙাং খুদিংদা থোররিবা মৈরি অহু উরা উরগা মহাক্তি অহোইনহুম ঘী হৈজিল্লরি। করম তৌরগা মহাক্কী চেকশিল্লবা কা অসি নমথেকশিগে হায়বা রাখল অসিনা থম্মোয়দা নৈবা হৌরক্লে।

ওয়াং-থাগী খোইশাউনরবা মতমনি। চীক্ল ইংলবা চীংথোঙ অসি কাওবা কালেনগী মৈশা কাওরক্লে। অহিং তংখায় মাঙ্গোলদা হকচীক লাংনরি। ইচেগা বাহাদুরগদি (নেপালিমুপামচা) হকচীক লাংলম্লগা তুম্বা চঙনক্লে। ঐগী মুংগী মৈশাদি অহিং থেংলক থেংলল্লগা, ইচীক

হুন্নক হুন্নক্লগা মৈচাক কবা চেঙ্গংলক্লি। ঐগী থম্মোয় চপ মুংথ্রে, অক
কত্তা রাখল চওলক্রে, লম্বীদা লৈবা অশনবা খিবিক ফুক্তোক্লগে নীখলে।

ফত্তবা লম্বীদি খিরুবদা কংদবা লৈতে। নোংমা গঞ্জাগুম্বা মরাই কাবা মৈতৈগী হিদাক অশুবা মানবা "মাদোক" থেংনরুরে, তোলা অমা লৈরক্লে। মুমিদাংগী চাক তোক্লগা বাহাদুরদা তূম্বা মুংঙাইনবা হিদাক্কি হায়দুনা পীরবে। অহিং অসিদি বাহাদুর হকচীক লাংবা য়াওদ্রে। থৌরাং অসিমদি মতৈ য়াল্লে। ইচেদি হৃতিগুম হকচীক লাংলি। অওকপনি! অরানবা হায়রক্লিব্রা শোল্লীবসি ওসিদি ঐহাক মহাক্কী মনাক কাওবা নকশিন্নরনা ফম্মুবা ঙমদ্রে। থওলে মায়োক্লবা লানফমদা ঐ মাথথিরে, অদুনদি হুরান লান্নাগী লম্বীদা মওাযরে। নোংয়ায় মতুং য়ৌরক্লে, ইচেদি তুম্মুবনি হায়দুনা চওথ্রে। "বাহাদুরদো তুমথ্রমাল্লে ময়ায় কাসি থোও খরা লোনশিনবিরম্মু" হায়রম্মী। চাক চাফন ওইনরিবা ময়ায় কাসি ইফাও ফাওনৈ। ইচেগী তুম্ফম কাদি মপান্দা থোও পান্দে, ময়ায় কা অসোমদা থোকই। বাহাদুরনা থোও লোন খোৎপা লোইরগা ঐগী কারোমদা থোক্লে। ইচে চংখিবা ফনা কুইথ্রে ঐহাক্কি উংজা পুরি। থল্লেমথৈ থল্লুরগা খনফম থোক্তুনা চৌগৎলে, ময়ায় কাগী থোওজাও পৌরোন থাজিল্লে। ঐগী কারোমদা চওলিরোই নীংই অদুবু ঐদি মপান-লোমদা হাইবা মন্নু লোমদগী লোল্লবা থোও অদুদা নম্মুরে, "ক্রোক" লাউবা মখোল অমনা বৎত্র তাবগুম খেকথথ্রে, লরাই শম চপ চপ মুংভি, কপলাক থক থক নীকই, ফক্লাংদা নপশিন্দুনা ইচে হৌগৎলকপ্রা হায়দুনা ভায়, হৌগৎলক্তে। তপ্না থোও অদু মাকববু হাইদোরক্লে কপলাক্কি নীকলি অদুবু থোওদি তপ্না তপ্না থাংজিনথ্রে, ফম্মুং ময়াদা টেবলদা পিক্ক লৈথদুনা থম্লীবা টেবল লেম্প অদুগী মনা পায়রুরে। লৈথগত্রা? লৈথংকত্রা? কবিগুম্বা অমম্বদা খংদুনা লাউরকপা থোকলবদি রাথোক ওইনরবনি, অঙানবদা মানা উরক্লবস্থ ইকায়রবনা হানথ্রগানি, য়ুমসিদা অমুক পল্লবা ওল্লরোই, অদুবু মতম চওনা লৈখোও শোমজরিবা লৈপাল অদুনা লৈশাৎ তম্নবদা চিনজবা ফংত্রবদি ঐগী কব্রি অমুক কান্নরি? মিকুপলিমগী

মনুংদা ঐনা খনখিবা রাখল কয়া থারুবা ঙমগনি। মুৎলমদায় মৈরিনা খংঙাল ঙাল্লম্বগুম অয়োইবা পাঙ্গল ফাওরক্লে; মিকুপ অমগী মনুংদা কা অদি পুমঙান ঙানথ্রে—তপ্না তপ্না কাংখল মপান্দু শস্তোক্লে, থিংগৎলম্বা খর ফুইনা ফুইনা হোল্লক্লে, খজিন্দা হুল্লিবা মিহুল শুকখোলগুম হৌরক্লে, নীক্লবা খুৎ অহুনা কাংখল অহু খজিক খজিক হাইদে.ভুনা মমায় মপাহু হেক য়ৌরুবদা কোকচাউবী ফুং কাথ্রে! খুত্তগী কাংখল নাম্বোকখিবা খঙহৌদে। হুম্বুরকপদা কাংখল মপান্দা লেপ্তুনা লৈরম্লে। উরুবহু থাজত্রহুনা অমুক খুৎ অনিনা কাংখল মমায়হু নাম্মা নাম্মা পায়হুনা পুমহাই হাইদোক্লে চুম্লে উতুপ তাবগুম তুমখুল হুল্লিবসি ইচেনি, মহাক্কী হৈনা শেম্লবা শম অহু মোন নাকলদা চেকশিন্না পুল্লপ থম্লি, মহাক্কী মশম মনা অমত্তা পান্দ্রবা কোক অহুনা মৈঙালদা লংলবা ভুম্বাগুম মোন মথক্তা তারি, খঙহৌদনা ঐগী থম্মোইদা নৈরম্বা নোংলৈ মুংশিৎ নেমথ্রে, ঐগী রাখল অতোপ্পা সংসার অমদা তাউখ্রে; মাংদা লোংনা তারিবা শরু মপুন অহু উরগা মিৎলুদগী থাম্বা নংহৌত্রবা পি মতুম অনিদং লৈমায়দা তাখি।

## পুখ্রী মচা

খ্বাইরমবন্দ কৈথেলদগী য়েংথোরকপদা উরিবা চেক্লী থোং নম্বোনবী অসি লাম্হোক্লগা নোংচুপ পাংনা ইরাউ রাউনা লেংঙম শানঙমদনা হাইথখ্রিবা লমজাও অসিদা থরা চৎলগা শোংনাং পাম্বী অচৌবা অনিগী মরক্তা থুপত্থুনা মীনা উখিনি মতাগুম খংথেক থেকচিন্দুনা মখা পাংনা হাই-জিনখ্রিবা লম্বী মচা অসিদা চংলগা অহাংবা ইংখোল মচেৎ অমদা পুখ্রী মচা অমথক লৈ।

মীনা শিজিন্নবিত্রব ওইবনা পুখ্রী অদু ফুম্না কুপশিনখিদুনা অহিংদদি লৈতেম মান্নবা লম্পাক মচা অমগুম উই। অথেঙবা অহিংদা অঙাং কপ্পগী মখোল হেক হেক তায় হায়দুনা মকম অসিরাইগী মীশিংনা কিনৈ। কনাগুম্বনা অহিঙ থেংনা হল্লকপদা হুপ মনাশিং অদু ফেরে ফেরে হাইরকই অসুম অসুম রাংথংলকই হায়। কনাগুম্বী কৈথেল কুম্বীনা নাইতোম তাহৌবা তাল্লক্তা "মপা অসিদা ফিজিদা য়াল্লকই, পাখৎভুনা লাউবদা মাঙথোকখ্রে"। অসুন্না পুখ্রী মচা অসিবু লাই তমনৈ হায়নৈ। মনাক্তা মী চংনদে। থামম্বা অহিংদা, নোংখী নোংমৈবা মতমদা খোইগোক্তা কিনৈ। লৈকাই অসিগী কোল লিক পোৎ-চৈ মপান্দা চিংথহোবা খিবিক অদু নোংঙাল্লকপদা লৈরমত্রবদি পুখ্রী মচাগী লাইনা চেনগ্রবনি হায়না ভাংনৈ থক খিনকুদে। তথেংনমক অহিংদা মী থোকই হায়দুনা পুখ্রী অসিবু কন্না ভাংনৈ।

লাইকম কন্নী হায়রিবা পুখ্রী মচা অসে ওসিদি পাখং মচা ময়াম্না কোয়শিনখ্রে। মখোইগী মতৌ অসিবু তম্লাই কিত্রবরা? তম্লাই

শী নৱিথা হায়বচরা ? নত্রগা মপোৎ মচৈ চেনখি হায়বত্থদা শাউৱত্থনা চংত্থনা লমন খুম্লসি হান্নবত্রা ? অত্থবু মখোই ময়ামগী মৱক্তা অশাউবগী শককম পুবা, লমন খুমনিংবনা লাংতক্লন্নবা মাইথোং অমতম্থ উদে। মখোই ওম্নমক হন্নাউ তয়াম্না উৱি। লৈবাক নিংতমলে হায়ত্থনা মখোইস্থ মনিং তৌৱিত্রা। মখোইগীসি অতৈ নত্রে পুখ্রী শেংলিবনি। ওসি অসি জাতিগী লু-হেনবা ন্থমিংনি। ও! অন্ধবিশ্বাসকি থান্নবা কুয়োম ওন্না কেন-থ্রবোইদো। কদায় পুখ্রী মচাগী লাইদি, লৈকাইগী পোৎ চেনশিনবা ওমলবোইদো মকোল থুগাইবিরবনা, অমম অথেওদা তম্নবা য়াৱৱোইদো ইৱং লংনা কোক্লবনিনা। ময়াম্না হঙ্গোইবিৱম্নবা, তাথিনা ক্বিবিৱম্লবা তোংঙাম্না খন্দোকত্থনা শম্নবিরমত্রবা হে পুখ্রীমচা নহাকীস্থ মতম শুৱবোইদো।

চহি কয়ামৱুমগী মমাংগী ৱানি।

পুখ্রী মচা অসিগী মনাক্তা মল্লবা শংও অমদা লুখ্রাবী মমা মচা লৈৱম্মী। মচা ন্থপা অসি পুংকক চাউৱে, মমান্নবা ময়ামগী মৱক্তা চেন চোংত্থনা শান্নজৱে। মমা অসিনা লৈকাইদা কৌশু লংবা কোয়না চংচৱুরগা পুশিনজৱকপা খৱ অত্থনা মচাগী মপুক থন্নবা ৱানা হৌৱিজৈ। মচানা কাংদোং ফাম্নগা অৱাবা শকক কৌকলগনি হায়বা ৱাথল অসিতনা মমা অসে চৱা চেল্লবা কাওবদা চোকথবা খঙলমদে।

নোংমদি অঙাং ময়াম অত্থনা ফিবুল হাবি শাম্নবদা লুখ্রাবী মচা অসিবুদি মপাঙ্গল শোল্লী শগোল শাবা ওমদে হায়ত্থনা য়াওহনবিত্রে। মমান্নবা ময়াম্না শাম্নবত্থ য়েংলগা অঙাং অসে মথৱাই ন্থংঙাইৱক্তে। "নখোইদি কৈদৌনা কল্লীনো?" হান্নত্থনা হংলুই। অত্থদা অমনা "ঐখোইগীদি ইনাক য়াম্না খুল্লী, ইমানা ন্থংতিজাইগী শঙ্গোম য়াম্না পিথকই অত্থনা কল্লিনে, নখোইগীদি ইনাকস্থ খুন্দে, নঙ্কি কাস্থ য়াম্না লৈতে নমানা শঙ্গোমস্থ পিথক্তে, নংদি শোনমল্লি শগোল শাবস্থ ওমদে" "অত্থ ওইৱদি ঐস্থ শঙ্গোম থকউনি" হায়ত্থনা অঙাং অসে মন্নুমদা চেনখ্রে। মন্নুম অত্থদা মমা হল্লকপা ঙাইত্থনা লৈখ্রে। সন্ধ্যা ওইৱকপা মতম

অতুদা নুপ্রাবী অসে লৈকাইগী ফৌগু-লংচুবে হায়রবগা চদোল হাই-
দোয়কপা খরদো ফিজিদা য়োমলদুনা মমুমদা প্রপ প্রপ হনজিজরকই।
মমা হেক উবগা হোৎচিনখিদুনা "ইমা শঙোম পিয়ু শঙোম পিয়ু"
হায়রদুনা হেক য়াইরে অতুগা মমারবশিংনা হায়রবকপা রাতু অমত্তা চিৎথদনা
হেক তম্মী, লোইবগা "ইমা ঐখোইগীবু ইনাক খুন্দ্রনে?" "কনানা
খুন্দে হায়রিবনোনে ইচাবু, মখোইনা খংদদুনা তৌরিবনি ইচাগীসু ইমানা
য়াম্না থগ্নীরি, মখোইগীদি পিকলিভৈদা শেৎতোক্লবনিনা হয়েং চাউরগা
শেৎনবা লৈরবোই, নংগীদি হয়েং চাউরগা শেৎনবা ইমানা অচৌ অচৌবা
য়াম্না থমজিনবিরি" অসি হেক তাবদা অঙাং অসিনা, "ঐ অমুক্তা য়েংগে
অমুক্তা য়েংগে" হায়রদুনা ফ্রং ফ্রং চোংলে। ওম্মোকপনি ফগত্রা হায়রদুনা
হায়রুববু রা পুংথবা ওইনা থোকখ্রে। লাইরববীনি, করিসু লৈত্রবীনি
হায়দুনসু মমা ওইবীগী থম্মোই অতুদি মচাগী মফমদদি রাৎপা নত্তবনিনা
মচাদুবু কপ্পনবা থেম্বা লারুজে। য়ারক্কুবদা অতৈ উপাই লৈত্রদুনা
হায়রকই 'নংগী নপোৎ নচৈ নফি নরোলদো নংনা চাউত্রিভৈদনে
হুরানবনা হুখিবা ঙমদনবা ইমানা ঐখোইগী পুথ্রীসে অসিগীনে আ
মনুংদা পোরোল চেৎনা লোনশিন্দুনা থম্লিবনে মীঙোন্দা তাকথোকউনু,
ইমানা হৌজিক নংগী শঙোম লোথোকপিরুরগে কপলসু ঐখোইনি চাকসু
থোংলসি" অসি হায়রদুনা মৈ হৌগৎলম্লগা চেনজামুক্তা ঙসাইগী চদোল
খর অতু হাপলদুনা নুং তেঙোৎ-তুমগা পুথ্রীদা কুমখ্রে।

ঙসাইদি ইহাঙ হাঙনা পুখিবা নুং তেঙোংতো পুথ্রীদগী কাররকপদদি
শঙোম্না পিক থম্না য়াওরক্লে। নুং তেঙোৎ অতুদা ঙৌরোক ঙৌনা
য়াওরকপতু উবদা অঙাং অহু হরাওবনা খম থেংখ্রে। হোৎচিন্দুনা শঙোম
থকলিবনি হায়দুনা হাউনা থকই। মতু য়েংলগা মমাগী মিৎলুদগী পি
মতুম অনিদং খাম্বা নংহৌদদুনা মচাগী লৌরাইদা তপ তপ তাখি। "ঐসু
হয়েংদি শগোল শাবা ঙমনিকো ইমা" হায়রদুনা ফল ফল চোংই মমাদা
হেক কোল্লি। "ইমা ঐ কদৌভৈ চাউনি, ঐগী কিরিৎতু য়াম্না শাংবরা"
মমাগী মনমদা কোল্লদুনা ব্রেং ব্রেং ঙাংই। ঙসি অঙাং অসিনা হরাওরিবা

মতৌ অসিগুম্না কব্বিগুম্বা হুমিৎ অমত্তগদ্ম মমা লুপ্রাবী অসিনা উক্তবা কংখিদ্রি।

চাক চামিন্নরহুনা মমা মচা তুম্মীন্নথ্রে। নোং ঙান্নক্লে; উচেক্লা চিবোন চিবোন ঙাংনরক্লে। লুপ্রাবীসিনা মীকপ থোকপকপদদি মচাহু হৌগংখিরমলে। "অস্তুপ ঙন্না কনাদা শান্নরুগদৌব্বিবনো চন্না রান-থোককেদি হান্নত্রহুনা" হায়রহুনা কোয়কৌ কৌরে, তাদ্রে। চংতুমা লৈকায় ঘুমথোং য়ৈনা থিরুবে কংদ্রে। অঙাং মাংখবে হান্নহুনা লৈকায় চ হুনা থিরে। লাইনা চেনগ্রবনি হায়হুনা পুং মাংগং য়ৈহুনা মোইবুং খোংহুনা পুমনিল নিল্লে। লুপ্রাবী মচা থোরকপা কৌবতা মরৈখিদ্রে।

মমানা অস্থুম রাখল তৌরকপদা ওরাং মহাক্লা পুখ্রী মথাদা মচাগী মপোং-মচৈ থম্বীরি হায়খিবদো নিংশিংলক্লে। লুপ্রাবী লুতোন শাংগ্রে। "ইচাদি মাঙলেদনা ইমাগী ইবুংঙো" লাউরহুনা হোৎথখিবদদি অঙাংদো খোংগ্রা মথাদা তাউহুনা লৈব্রমলে।

# ইচা

উদবা উনিংবা চংশুন্ত্রিবা চৎনিংবা ইনখৎলকলিবা মহাগী হৌনশা ওইরমাল্লে, ধনমঞ্জুরি কোলেজদা বি, কোম, ক্লাস লৈরমদবা অসিদি ঐঙোন্দদি ইরুজনিংবগা থোং তেকপগা মান্নবে হায়রবতুনি। ঐনা মনিপুর রাংম লান্না চৎপসি ইং ১৯৫৪ দনি গৌহাটি ইউনিভরসিটি অন্দর-গ্রেজুয়েৎ ক্লাসেসদা বি, কোম তম্বা চৎপনি। পুন্সিদা রেল গাড়ী সিনেমাদা নত্তনা উবক্তি্রবা ঐনা রেল গাড়ী তোংতুনা চৎপতুদি মঙগুম্মী। গৌহাটি ষ্টেসন্দা রেল হেক খাম্বগা মজদুর অমনা ফং কাখৎলকুনা ঐঙোন্দকা হুংলমদনা ঐগী বেদিংতু তাপ লাকুনা হাইগৎখিবতুদি ঐ নিংদোল পিং পিং চোংডি "অতৈ পোৎচৈদি বাবু" হায়রকপদা ঐ ভাব খংতা হেক তাই। "অতৈ য়াওদে সুট কেশ অসিমগনা লোইরে" হায়তুনা মঙোন্দা পি। ঐবু কদাইদা চৎকনৈরিবনো ককা হংবা তৌদে মানা মাং থাতুনা প্রপ প্রপ চংখ্রে ঐনা মতুং ইন্নরে। মতম অসি নোংদি ভাল্লে অঙনবা অয়ুক হায়ব তাই। লৈকংদা রাংনা শারিবা উপাকী থোং অতু কাখৎতুনা লাম্বোক্লে হায়রগা জিন্থনা কুপ্পা ইশাং শাংবা শঙ অমনবতু তম্না চংখ্রে। ঐনা কদায়দা পুরিবনো হায়তুনা লাউবদা "শিলংগী টিকেৎ লৌগদবা নত্রা বাবু" হায়রকই। ঐনা নত্তে মনিপুরী বস্তিদনি হায়রবতুদা রিক্সা অমা চংলকলে মজদুর অতুনা মাগী কোকথোংতু রিক্সা মথক্তা থারে ঐস্ন কাখৎলে ফুরিখাউদগী মথায় ময়েক অমা পুথোকুনা পিরে মতু লৌশিন্নগা "বাবু বংসিশ" হায়তুনা মখুৎ অমুকতু তিংথোরকই।

নাকলদগী চুরুট পানা য়োল্লিবা গুপা অহুনা "করি, অহুক য়াম্না কংল-বমক্তুদা" হায়হুনা লাউব্রকপহুদা রিক্সাহু থৌরে মখোই অনি লাউনহুনা লৈহৌরে। অহুম্না শিলং য়োভতা মনিপুরী বস্তি তানা লাকপসি পলটন্ বাজার লাম্থোরক্লগদি শরক্কী নাকল অনিমক্তা পাংথি কোমথি ঙাক্তা ঙায়রম্মী। মনিপুরী রাজবাব্রি মপাদা গুপা অহুম মরি মম্না শেংহুনা লৈরম্মী, মখোই মরক্তুদা তামুবস্থ য়াওরম্মে ঐনা "তামুবা" হায়হুনা কৌবহুদা 'হৈ। নং লাক্লবোরে ফরে ফরে" হায়হুনা রিক্সাহু রাজবারি চংবা লম্বীহুদা চংঙু হাংহুনা চংহল্লে ঐস্থ কুমথহুনা তামুবগা চংমিন্নরে। খব চংশিল্লগা পক্কা গুহা লৈরিহুগী মনাক্তা থোঙ্গাল অরাং ওন্না ফাংপা ঈগী য়ুম মচা অহুদা চংলে। রিক্সাগাহু তামুবনা তৌনহুনা থাদোকখ্রে। মতম অসি মনিপুরী বস্তিদা য়ুম পংয়াম য়ামলমখ্রি। তামুবনা আসামদা লৌই হায়বা ইতৈমহু ওইরমাল্লে ঙৌরোক ঙৌ, ইতেন তেন, তিক তিক লাউরহুনা থোরকই। 'ঐখোই অঙাং অমা বি, কোম, বি, এ, তম্বা লাকনি হায়রক্তনি চা ককাহু তে রো ঈশিংগা থর পিয়ুসে পোৎচৈ সি তপ্না লোইশিনসি" হায়রম্লগা তামুবা গুহাদা চংখ্রে। তামুবসি ঐখোই লৈকাইগী ড্রাইভরনি, আসামদা চংখিবা চহি তরেং নিপাল লোম শুখ্রে। ইতৈমসি রা ঙাংদে ঐবুদি য়াম্না কোইনা তৌই। 'ইবুংঙো চা লোরো মুরি চাবা হৈনব্রা" হায়হুনা প্লেং অমদা মুরিহু পিক থন্না পুথোরকই। ইতৈমগী খোন্দাহু মতোল লোইশিনবদা থৈরপ চায়। তামুবগী য়ুম অসি মৈতৈ য়ুমজাও লাইখল তাবিনি পিকতি পিকই। লুখুম কা অহুদা ককলোংনা থাক্লিন্দুনা ঐগী কা ওইরে। চাকথঙ তোংঙান্দে। ঐনা থুংঙবা লুমিং অসিমদি ফজনা পোৎথারগে হায়রহুনা ঐ চংথোক্লে। অয়ুক্ত কা থাজিন, খো'চিন, পোৎ লোইথোক লোইশিন থর তৌবহুদা রাবহুনা চাকচা তোকপগা ঐদি ফম্মুংদা ঙাইহাক পোৎথাবদগী অহুম নাখোক্তুনা তুম্লু রমাল্লে মিকপ থোরকপদা মাংগোলদ মৌ লৈশাবীনা পিক থম্লরে। মখোই ঐবু য়েংবা লাকলিবনি হায়রে। মতম অহুদা ইম্ফালদগী ছাত্র খুংলিবসি মৌ অনৌবী য়েংবগুম য়েংনরম্মী। ঐ হৈনরহুনা কি

শেংচিল্লগা অহুম থোরক্লে। মথং মুমিংতা মিং চল্লহুনা ক্লাস য়াওরে। বি কোম ক্লাসসি কোত্তোন কোলেজকী নিংথু আর্টস বিল্ডিংদা অহুগা ওনর্স নচিংবা শরুক খরনা ভোন বোক্সোগী বিল্ডীংদা তৌরম্মী। তম্বসু মুমিদাংদা তম্বনি। অহুনা অম্বুক মুংথিলদি য়ুমদ লৈরগা মুমিদাংরাইরম মীনা কে য়থোক্লম্রকপা মতম অসিদা ঐখোইদি ক্লাস কন্না তৌরি।

নোংমদি মুংথিল চাকচা তোক্লকপদা ভায়রিভৈদা (পুলিশ) রিজার্ভ-তগীনি হায়রহুনা লৈশাবী অমনা লাইবিক অমা পাররহুনা বস্তিগী লৈশাবী অনিগা মৌ অমগা ইমুং চংলক্লে। মৌ অহুনা ইশম শন্না ঐভোন্দা "ইবুংঙো লাইরিকসি ভগাক্তা পাবিয়ু ঐঃখাই তাগে" হায়রহুনা ঐবু খুদাং পায়হুনা মাংগোন্দা চিংপোক্লে। ঐদি ইতক ভক্লহুনা ইমুংগী ইতৈমদা য়েংলি। ইতৈমনা "মতেক খিংতং হেক পাথোকপিয়ু" হায়রকই। লৈশাবীশিং অহুনা "য়াদে য়াদে লোইনা পাদৌনি।" ঐ লাইরিকু লৌহুনা কমলে মখোইসু ঐগী মাংদা পুল্লপ কন্মী। ইতৈমনা "ঐখোই ইবুংঙোদা লাইরিক পাহনবগী করি কব্রি পিজবা মখৌ তাবনি। রিজার্ভ (পুলিশ) তগী লৈশাবীহুনা পুরকই পুরকও হায়রহুনা মফি মনুংদগী চন্দ্রা খাউ অমা পুথোরকুনা ইতৈমগা মখোই অনি চহুনা হৈ মহি শেমখ্রে। লাইরিক অহুনা ডাঃ কমলগী "মাধবী" ওইরম্মে। মৌ অহুনা মকোক্তগী পাউ হায়রহুনা মকোক্তগী পাথরে। হৈ মহি কাহু থক্লহুনা ঐবু তল্লম্বদগী মুংভাইবরোমদ ওন্থরক্লে। ওন্থোকপা হায়বহুনি মুংথিল মুংথিলসি মখোই লাক্রবদি ঐ লৈকম খংদবগুম তৌরক্লে। লৈশাবী অহুম অহুসু মিংতা নাতা মতা অমা তৌই ঐসু মখোই অহুম্মক অহু ঐগী চান্নবী ওইনা লৌরি, অমবু থোইদোক্না পামশিল্লুবা তৌদে।

নোংমদি রিজার্ভ (পুলিশ) তগী লৈশাবী অহুনা হৌরকুনা ঐনে মানে ইতৈমনে সিনেমা য়েংঙুরে। সিনেমা লোইরগা মখোইদা চংলুখিসি হায়রহুনা চংলুই। গৌহাটি রিজার্ভ পুলিশ কোর্টরদনি সিনেমা হোলগদি অহুম লৈমিন্নরে হায়রবা য়াই। চেক্কী য়ুম কা অহুম অহুদা চিল্লবসু চিন্না তরু তরু লৈরম্মী। মমানা তরাম তম্রাম তৌরম্মী ঐবু হান্নরা খংবগী

ভাবক্তা য়ায়ী তৌবকহি। মখোই শিলচরদগীনি লৈশাবী অসিগী মপাহ্ এ এস, আই নি হায়। হেক্তিঙ্গা হায়ক্তিনবরা কৈনো খংদে, মাদি লৈরমদে। মখোইদগী হল্লকপদা ঐগী রাখলসি ঈরৈদা ভাউথরকপা কৌশিংনা হিদেন অমদা লৈশিন্দুনা লৈহায়দা ভাদূনা পোংথাবগুম তৌই। মমানা ঐবু মরক ময়ক্তা চংথোরকউ হায়বহ্ হৈনজবা ঈশৈগী মুর ভংবগুম খল্লুবা লৈতনা হেক্তা নিংশিংডি।

ভামুবদি গাডী চংখিবনা মুমিং মন্তা তরুক্লি কাওবগা হল্লক্তে। ইতৈমগা ঐখোই অনিদা য়ুম্ শঙ্হোই। ঐগী-ক্লাসনদি নুংদাংদনিনা হল্লকপদা পুং ৯॥ কা য়োবস্থ য়াওই, ইতৈমনা মতোমতা চাবা মুংভাইতে হায়তুনা ঐ লাক্কিবা কাও হেক্ হেক্ ভাইরম্মী। অস্থুম্না নোংম পু ৯॥ য়োম তাবা মতমদা ক্লাসতগী হল্লক্পদা ইতৈমগা বস্তিগী মৌ অহ্নগা য়ায়ী শাহ্নুনা লৈরম্মী। মৌ অহ্নুনা "কদাই কোয়কয়ে হৌজিক্ কাওববু তম্মে হায়বরা নখোইগী লাইরিক্কুবু, ভসিদি ঐখোইদা চাক্ চাকসি ওসাই ভা অচৌবা অমা থেংনহ্নুনা লৈয়কপনি য়াম্ংগ্র, নতৈমস্থ চাকসি হায়বনি মাদি চাথোকউরে হাযয়ে" অস্থুম্না মথন্তা মরি মরি শয়বমথৈ ভাংলহ্নুনা লালটেন পায়হ্নুনা ভাইরে। ঐস্তু খর মীভুমদবা ওইনা তৌরহ্নুনা লৈখোকপা ভমদ্রে, কি হোংদোক্লগা অহ্নম্ চংলে। মৌ অসিদি মনিপুরদগী ওইরম্মে, ফি হনগৎ হন্দা পুহ্নুনা ললোনবা জাৎনি, পৈশাগস্থ মরাং কায়না শিক্তিয়বা মাল্লি। ফৈনা শাবা শঙ্ মগা অহ্নদা কা অমনা চাকশঙ ওইরগা কা অচৌবা অহ্না ফি ময়ামস্থ পৈ, মাগী কম্মুংস্থ থাই। তেবল মচা অমদা ফুল গ্লাসকা থম্লহ্নুনা য়েংবদা মতৌ অমা মাল্লি চৌকিদি য়াওমে। "কম্মু দা কম্মু হংগোইকনু" হায় ঐনা মোরাহ্ চিংথোক্তুনা কম্মী। চাক্তু কম্মাংদা পুথোরক্লে, মায় মায় ওনশিনহ্নুনা চারে। চাকচা তোক্লহ্নুনা মোয়াদা কমলে।

"কমুংদা পোংথাগে হায়রবস্থ য়ানি হংগোইরুনু।"

"মুম মুংভাইজরে, ইতৈমা।"

হায়বিবা মতমসি পু দি ভরামাথোইরোম ভাগদোরে। মানা কোল লিক শেংজিল খোংচিল্লিভৈদা চংপা কজদে হায়রদুনা ঐস্ন ভাইহাক পল্পুরে। মহাক মখুং মশা শেংদোক খোংভোকপা লোইরদুনা ফমুংদা মখোং রাস্থদুনা ফম্নরে। ঐস্ন চংলগে হায়দুনা হৌগৎপদা ভাইখো চাবা তুম্নবা হৈ থকখো হায়রদুনা চম্প্রা মহি গ্রাস অময়ম শেম্নদুনা থক্লে। নোংমায় য়োশিল্লক্লে ঐনা চৎলগে হায়রে।

"থেংস্ন থেংলে লেকখ্রোদনা।"

"ইতৈমা মথস্তা লৈহৌই সুংভাইরোই।"

"নহাক লাকত্রিভৈদদি মথস্তা অহিং লৈবা ভম্নগা হৌজিক্তি কি হাযরনে ?"

"ই ঐ লৈন লৈন কজদেদনা।"

"করে ফ-র নতৈমদু অদুক থাম্না কিয়বদি থিনবিয়গে" হায়রদুনা লাসটেল পাযদুনা থে ঙ'ল ফাওবা থিনবিরম্নে। ইতৈম তুম্নমত্রি ঐগীকাদ ফমদুনা লৈবম্মী।

"কৈদোরে অস্নক কুইরকইবদি ?"

"ইতৈমনা হৈ মহিকা থকখিসি হায়দুনা লৈথোরক্লবা" অম্নম্না অচুম্বা অদু অদুম মখুমী। মথং মুংথিলদু বস্তিগী মৌদু লাক্লে, মাঙোল হেক কাথৎপগা ইতৈমদা কৌদুনা 'ইবেম্মা, ইবেম্মগী অঙাং অসিদি কজবা শিকায় ভম্বিরেদনা।"

' কৈমোনে ইচেনা হায়রিদুবো ?"

"ফাগি তৌবনিদা, কা লৈরমদ্রে নংগী লৈত্রা, চাসি পুথোরকউ"। কা পুথোকুনা মথোই অনি চামিন্নৈ, ঐগীস্ন মতপ অমা পিরকই। মৌ অদুনা দ্রো দ্রো দ্রো দ্রো রাবিনি হায়দুনা পংশাদ শাই।

নোংমদি ঐহাক ক্লাস থর ভম্না লোইরদুনা রিজার্ভ (পুলিশ) তা হাই-জিন্দুনা লৈশাবীখোইগীদা ফম্ন্নুরে। চা থকুনা রাবি অদুম শাবন্গী চাক থজিত্তং চাথিদবা য়াদ্রে হায়বদুনা চাথোবক্লে। মুমিদাং পুং ১১ রোম য়ৌথোকখ্রে। হল্লকপদা ইতৈমনা "হৌজিক কাওববু লাইরিকতম কাব্রা ?"

৮ "রিজার্ভতা ( পুলিশ ) হাইজিল্লুবদা য়াত্রহনা চাক চাথোরক্লবা" "মীগীদা চাক চাবকা য়াম্না নৈররক্লেনা." হায়রহনা মোমোন তৌই, ঐস্থু ইকায়রপ তৌনা "ঐদি চাজরোই হায়বনি অহনা……" ইতৈমা মথা শমজিল্লুনা "অহুদা মথোইনা নমহনা হেক্তা চিংশিনবনিনে, কৈনে কৈনে মীনা হায়জবস্থু থর থর য়াবিব কৈ।" (ঐ খুমন্ত্রে ফি হোদোক্লগা অহুমক তুমলে। ঐনা কন্না তুমথকবদা মঙ-ওই হা ওই থবাক্তা মরেং মরেং চৎলি হায়রহনা মারুববু মীখুং অমা থেংনরে খংহনা "কনানো" লাউরুবু ইতৈমা ওইরমমে, ঈশিং খোরাংহনা মৈখেং থিরিবনি হায়রে। ঐ হৌগৎহনা মৈ চুখৎলে, ইতৈমস্থু ঈশিং থক্লগা তুমখ্রে।

মথং মুংদ্যং অহু ঐহাক নোট শিন্দুনা নোংয়াং শোরমদাইদ ফম্মুং চংবদা ডাইরি। উইরুম উইরুম তৌথরকপদা ঐগী কাংথলহ হাইদোরক্লে ঐনা "ইতৈমা কৈদোরে" হায়রহনা হংবদা মহাক য়াম্না কিবা মঙ অমা মঙলুরে, মতোংমতা চিপ্পা ডমন্ত্রে ঐগা চিপমিন্নসি হায়রে) ঐ হৌগৎ-হনা চৌকিদা ফমলে, কিরগা ইতৈমা তুম্মু ঐ শঙগে, মঙবু কৈদোরে হায়বগে হায়রহনা ঐনা ডসাই শিল্লম্বা নোটহু মথা শিন্থবা হোৎনরে। "নংস্থু তুমনিংলগা ইনাক্তা হেক্তা তুম্মু" হায়রগা ঐগী ফম্মুংদা কাথৎখ্রে। ঐদি নোট শিল্লম্বদগী চৌকিদা অহুম তুংথোক্লুরমাক্লে মিকপ থোরকপদা পুং মরি রোম তারম্মে। অমুক নোট শিন্থবা হৌরে। ওহাক লৈরগা নোং ডানফুং ডানফুং তৌরকপা মতম অহুরাংদা ইতৈমা হৌগৎলক্লে, "নংদি তুমত্ররোইরে অহিং তুমত্রবদি নশা শোকনি" হায়রম্নগা মাগী ফম্মুংদা অমুক চংখ্রে। ঐস্থু ফম্মুংদা চংহনা অমুক তুমলে।

মথংগী অহিং অহুদি চাব থকপা লোইরবা তুংদা ঐহাক চৌকিদা কমহনা ফিসন কেয়ার য়েংলি ; ইতৈমস্থু চংলক্লনা লাই য়েংবা য়াওবরে। ওহাক য়েংমিন্নবগা "নং লাইরিক তৌখিগদোবা ওইরদি ঐ ডাইহাক্তং নংগী ফম্মুংদা হিপকে নংনা তুমনিংলবা কান্দা হেক হৌদোকলকউ" হায়রম্নগা কাথৎখ্রে। ওহাক লৈরগা "ইবুংঙো নংগী ফম্মুংসি কাও য়াম্না চঙ্গমাক্লে চিকপনা লোইরে, ঐ হৌগৎপা ডক্লে কাও অমুক্তা

হুমদোকপিয়ু" হায়রে।  ঐনা গমছা মতু পোনবী অহুমা পায়রমহনা কাও হুমদোকে হায়হনা কাংখলহু হাইদোক্লু, বগদি ইতৈমদি মফি য়াওয়মজে, ঐনা কাংখলহু খংথা থাদবদা ইতৈমনা খুদাং তাপ পায়খ্রে।  "মীগীদদি চংলগা সিদদি কৈদৌঙ্গি, ঐনা হায়বসি য়াত্রবদি নং চোপচনি, নংনা চংওকই হায়হুনা হেক্তা তমগদোবনি ঐদি" মসি হায়রকপদা ঐ অ্যান মাংলে ঐ লেপ্পা লেপ্পা পংথরে। তামুবনা ঐবু মনাউদ মনাউদোনা অমুপ লুনা হোংনবিয়গা ঐনা! অহুগা মানা তমশিনথ্রগনা ঐবু তামুবনা কয়ি হায়না খনগনি, ঐ খনবম থোক্কে।  মওদা শামুনা তানবঙম পাঙ্গল ইথোক থোকখিদ্রে।  বস্তিগী মৌ অহুনা "অঙাং অসিদি ফজমা শিকার তম্বীরেদনা" হায়খিবদো, ঐ হৌজিক্তা ভাব তারকলি।

অয়ুক অহু মাদি মহৌশাগী মহৌশা অহুম মউই ঐদি হোটৈলদা থোক্লুগে হায়হুনা থোকপদগী চাক চারমদাইদ হনজিল্লে, চাকচাভোকপগা মীগী লাইব্রিক থিল্লুগে হায়দুনা অহুম থোয়ক্লে।  মুমিদাং ক্লাস লোইরপা হনজিনখিবদা তামুবা লৈরম্মে। ' ইবুঙো ইয়াম্বদি য়াদুনা চাক চাথোক্লম্মে নতৈমা ঙাইরিবনি।"

"তামুবা কয়ম কান্দা থুংঙৈ?"

"মুমিদাংরাইরম ওস্তানা অদুম য়োৎকএ"

তামুবা হেক উবদা ঐ লৈকম খংদে কয়িনো হায়কম খংদে মিকুপ অমা কাওবা য়ুম অসিদা· লৈনিংদ্রে।

"তামুবা ঐ শিলোং অমুক্তা য়োৎক্রি অমুক্তা চংলুগে নিংবনি তামুবা লাকপা য়াম্না ফয়েদা"

"ঐসু চংনিংঙি ইংবুঙো চংপদা য়াওহোগে" হায়দুনা ইতৈমনা হেক নপশিল্লকই।

ইতৈমদি মতম মুংঙাইব কান্দা কোম্না চংপনা কনিদা"

"মঙোন্দা কৈসু য়েংচরোই মপুক কয়াম ফংত্রিনোসে"

"কয়িনোনহে নংনা অঙাংদা হায়বিক্লয়িবদুবু, চংলু চংলু নংগী ক্লাসবু কায়ত্রবদি"

"ঐস্ন চৎকনিয়ে মা পুদবা ওস্ত্রা য়েংগে"

"অতুগা নখোই অনিমক পুল্লপ চৎথোক্লগা য়ুমদি কনানা শগু-হৌবা"

"কৈনোনে তালা বন্দ তৌরম্লগা লোইবেদনা কনান হুরানবিনি হায়বগে"

"খংদে খংদে নহোয়না থোকপা তৌবো ঐ হয়েংদি নোর্থ গৌহাটি-লোমদা চৎপা তারি হপ্তা অমুক্তি হল্লক্কবা য়াই" হায়রগা তুমখ্রে।

মী হাংলুরগা লৈকম খংদে হায়নবতু ঐগীসিমুক রাবিদ্রা খল্লি। শিলোংদ চংপনি হায়তুনা চেম্বোক্কে তৌবসু মহাক য়াওগনি হায়রবনিনা তোক্লে। য়ুম অসিদা কুইনা পম্থরবদি ঐ শোয়বনি তামুবদি ইরৈকাই মচানি শিদ্রিকাও তোংন তিম্নবগদবনি, মাদি লাংরিক হৈতবনি সমাজদা ঐঙোন্দগী হন্থনা লৈবনি, মানা ঐঙোন্দা তৌবিরিবা শকক অসিগা ঐনা তৌক্করিবা মশক অসিগা ওন্না তৈনরে, ঐ হুইহে তম্নুবগী কান্নদ্রে, মীগী লমচং ঐঙোন্দা য়াওদ্রে, ঐ মী ওইবা ওইদবা লায়রি তামুবনা খংলক্লগা কঁরনো ঐনা ওচগদবা ফিবম। খনবদা থোক্কবা রাখল ময়াম অসিনা নৈত্তুনা ঐ অহিং অসিমা ইতুম তুমদ্রে নোংঙাললমদাইদা তুম থরুরমাল্লে ঐনা হে গৎলকপদা তামুবা লৈরমদ্রে। হোবেল হুমিদাং ওইরক্নি খনবদা ঐ থরাই রাবে।

ঐনা ক্লাসদগী হল্লকপদা ইতৈমা চাক ঙাইবম্মী। চাক চামিন্নবে। ঐ চৌকিদা ফমদ্রে, চাকচা তোকপগা কম্মুংদা চংলে। মানা শেংজিন খোৎচিল্লিঔদা তুমহৌরগে ঈশ্বর ইবুংঙো নোংঙাদ্রিকাও মিকপ থোক-হনবিম্নকো হায়রতুনা হিপলে। অম্থোকপনি লাইরিক পারবদি তুম্বনা হাল্লি তুম্মগে হায়তুনা হোৎনবসিদদি তুম্বা শুকয়া য়াদ্রে। অমুম্না রাম্নিঔ তাঞ্জা অসিদা ইতৈমসু মশাকাতু মনম হুংশিবকা চাইশিল্লতুনা চংলক্লে শনবা তৌদনা ফম্মুংদা হেক্তা কাথৎলকই। ঐনা হৌগৎকে তৌদ্দা "ঐনা হায়বা য়াত্রবদি তমথোক্কনি হায়রম্বিবসিনি, হৌজিকসু হেক্তা লাউগদ্মি লৈকায় তানবা"। ঐ গতি লৈল্লে পংথরে।

মথং অয়ুক্ত ঐ মওল মওল খল্লবা তুংদা রাখল অমা লাক্লে। থিল্লবা তৌত্রে ডাকঘর তানা চংলে। "এক্সপ্রেশ লেটর" অমা ঐগী থিকানাদা থাদরক্সে। মুংথিলহু পুং ৪ রোম তাবা কান্দা চিঠিহু থুংভরে। ঐনা চিঠিহু পাশিন্নরে অতুগা শুকথরে। ইতৈমনা কব্রি তৌরে হায়না হংলকপদা ঐনা ইমা কন্না নারে চিঠি অসি হেক ফংবগা থোরকউ হায়রকই অতুনা ঐ মুংদাংগী গাড়ী তো খ্রগে হায়রে। মানা চিঠিহু য়েংগে হায়তুনা ঐগী খুংতগী পাক লৌখ্রে। মুন্না য়েংলগা মপি মতুম মতুম শিন্থরক্লে। ঐগী ঙকপা থেংখ্রে। ঐবু ইমুংদা চংলকউ হায়তুনা কৌশিল্লে ফম্মু হায়তুনা কমলে। মপি তৈথোক্লগা "চিঠি অসি নংনা ইশিনবা নত্রদো" হেক হায়রকপদা ঐ শ্বাই লাউই। মতু হায়রগা মপি অমুক শিন্থরক্লে, ঐসু িপ তারে কব্রিগী তারিবা পিনো খ়দে মাগী মতৌ উবদা তারকপা পি ওইরমাল্লে। ঐগী খুংতু খণ্ডতুনা হাযরিবরা? নত্রগা নমলিবা সিল অতু য়েংলগা খংলিবরা? মহাক লাইরিক ফজনা হৈরম্বা তারে খল্লুবদা ঐ অমুক্কা হেন্না তুকথরে।

তপ্না হায়রকই "ঐ ইম্ফালদ য়াম্না লৈনিংভি অতুনা ঐনা লাইরিক তম্বা ভোকথোক্তুনা নখোই তামুবদা চেনবনি, অতুবু" হায়রগা অমুক লেপখ্রে। ঐদি চমন্নতুনা তিওক তিওক য়েংতুনা লৈরে। মানা মখা অমুক শমথরকই "ঐখোই অনি লৌনবা চহি তরেৎ শুরে, হৌজিক কাওবা ইচা অমত্তা পোক্তে" মতাং অসিদা মহাক মচিনবান চিকশিল্লগা মপি তৈথোকলে ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলগা "নং ভাব তারবরা?" ঐনা লু লুকথরগা ঙক নোম্মী।

# মমা

সমরেন্দ্র খোইগী ইমুংসি মমা লৈরিবৈঙেদদি ভুংরাই ঙামলোই য়ুংলুরবনি ; অহবু মীগী মরাংবক হায়রবসি তম্বা ঙমদে। হাওবম সমরেন্দ্রগী মপানা ঙস্তানা লৈখিদবদগী মমা লুখ্রাংবী অসিনা রানা হোৎনজহনা মাবু ইম্ফালদ বি, এ ফাওবা তমহনখ্রবনি। মপানা থনম্বা লৌ পরি অমগা মরাক্তু য়োম্হোক্তুনা সমরেন্দ্র এম, এ, তম্লুবনি। মানা থোরকপগা মমা অহুম লৈখিদ্রে।

মামা কোলেজগী ওজা ওইবহু অয়ুক্কা লুংথিলগা পাহনা পৈশা নিংথিনা তাম্লে। সরকারদগী লোন লৌই হায়না ময়ুমদহু মতমগী রুমশাদা কা, কা নাইহনা য়াম্না নিংথিনা শাখ্রে। "শামু ময়া থিন্দোরকপনা মঙ্গে থেঙ্গুনা কৈদৌরুনি হায়বা রাহু সমরেন্দ্রনা হেক থোকইদা" হায়না ঙাংনৈ।

হন্দক্না মাগী ছাত্রিনি হায়য়ে থর লাইরবহুদা মানা অহুম লৌশিন-/খিরবনি হায়। ময়াম্নদি মচিন থীরিবনি মথোই কোলেজদা খাইদগী ফজবী ছাত্রিনি মানা পামহনা লৌরগা লাইরবরোমগা পাউথোংফম শিজিল্লিবনি হায়নৈ।

এলাং লৈকায়দা মথোই অনিগী য়ুম্বানসি চাননমক মঙাংনখ্রে। "হা অহল লমন পান্দবা মুম্বাল হায়বসিদি কয়াবুদি মথোং চাক্নগবনোদা ইকায় শঙ্গোই হাংনবা মশক্নি" মসিনা অহল্লোনগী রাঙাংনি। নহারোল্-মথেনদি সমরেন্দ্রগী কেমিলি লাইফ অসিদি মথোইগী আইডিয়েলনি

হায়রহনা মিহৌনরি। মীরা ঙাংবদা শিন্থা ওইবা কনানি মথৌমক ওইনা য়েংশিল্লুবস্থ ময়াওই। লৈরক কোন্সাংদা ঙাংনরম্বদগী হোতেন্স য়ৌরে। মাগী নুপী সবোজু অসিগু মগক ফজে হায়রহনা চাংনা মঙাংনগ্রে। মহাকী ইমুংদা চংলু খোংলুবা মমান্নবশিংনা মাবু শ্রীরামচন্দ্রনা সরোজুদা চোংথহনা লুপশিবগুম মহাকসু সরোজুদা লুপকদৌরি হায়নৈ।

ঙসি মঙা তয়ানি অসি সমরেন্দ্র থোরকপা ইউ উখিদ্রে কৈদৌ-গ্রবনো, না—য়েকপা য়াওরিগদ্রা, হায়রহনা য়োকবরু মযুমম্ব শো লোন্দুনা লৈরম্মে। শুমাং, মাঙ্গোলকাম্থ ইচাই চাইবহনা মী লৈবগী মওং উদ্রবা অহুদা চিংনরহনা লৈকায়দা হংলুবরু মখোই অনি লংকৈ চংগ্রে হায়রে। করিগী লংফেনো, ঐঙোন্দা তাকন্সমফম থোকইনা। ঐগু খংনিংলহনা মাগা তিম্নবা খরদসু কোংহং হংলুরে। মখোই অনি "হোনিমুন" চংখিরবনি হায়ে। হোনিমুন চংপা তারবদি নহালবাইনা চংকম থোকই, হৌজিকপু! হোয়, নহালবাই পৈশা নু শাগী খুদোং চাদবা ওইরম্বসু মাই, মচাম্থ যাওদ্রিবনিনা চংনিংলকপা কান্দা চংপনি। মা মীগী শেল যাম্না তোন্নি হায়হনা নোংম্না ঐঙোন্দসু হারা শাখি। মখোই অনিসি হায়গুম্নদনা শিনি খংনা পাল্লি হাযবহুমক হেক যাই।

খর লৈরগা পোরক্লে হাযবা পাউ তরহনা চংথোক্লুই। সুমিদাং-রাইরমনি। মী ফম্নফমকা অহুদা মখোই অনিদং ফমহনা লৈরম্মী। ইমুগী মীবু মাল্লুদ্র মপান্দগী মী কেয়থোরক হুম মাল্লি, তক তক ফম্মীন্নম্মী। সোফাদা পুন্নপ ফম্মীন্নবম্বদগী ঐ উবদা সরোজু হৌগংহনা চংগ্রে। সমরেন্দ্রনা ঐবু হেক উবদা মাংথ্রবা পোং থেংনবগুম খংবোই হবাউবোই প্রপ প্রপ থোরক্কুনা ঐবু পুশিল্লি। সমরেন্দ্রগী মায়থোংদু খর লৈশিন্না উরে।

ঐনা "কদৌরে অদোমদি খরহুম নৌথোরকত্রা হায়রগা খরহুম রায়শিন্না উরেনা?"

"কমদৌনি পুন্সি পোংন্সুম কোকথোংনবদা খর রানা থোক্লহনা মতৌরিবনি"।

"অদোম্মুদি মন্নান্না শিনি খংনা পান্লি হায়নব্দিবু"। ঐদি ইয়াং য়াংনা হায়দোক্লুবা রাহৈনি। মাদি মান্না অর্থ লৈবা, নুংঙাইতবা মীনোক অমগা লোয়ননা লুন্না খুন্নকই"।

"মহুমদি অচুম্বনি, ঐ শিনি খংনা পানবনি"।

মাগী পাউখুম মপি অসিনা ঐবুম্ম খম্বহল্লে। শিনি খংনা পানবা হায়বসিগী অর্থ মন্নান্না পুনরিবা ভাব অসি নত্তবা অমম্ম লৈরমাল্লে নিংলে; মঙোন্দা মাগী মোৎ খংদোকদবম্ম মাগী মপুক্লিং নুংঙাইতবা কাইদাহু উবদা মথা চৎথক্রে। মহাকম্ম মাগী মপুক্লিংদা লোৎতুনা থম্বা রা অমা ঐঙোন্দা তমথোক্কে হায়হুনা কন্না হোংনবগুম উই, অহুবু তমথোরক্কে। সরোজুনা চা পুথোরকুনা ঐখোই অহুম থকমিন্নরে। তৌথোরকলিবা ষ্টেন্দর অহুদি কোলেজগী ওজা অমনা থম্বদা খর রারগদবা থাক্লি, মসিমক্কম্ম সমরেন্দ্রসি মখুৎতা পৈশা পায়দবোরে। সরোজুসিদি মশক ফজবতা নংতে নুংঙাইবগী হৌমফম ঈফুং কুম্মী। ঙসাই মথে ঐখোই অনিদং কম্বহুদি নুংঙাইবা রারি লৈরমদে মহাক য়াওরবসিদদি চুম্নগী ইচম চম্বা রা কাওবা নোকনিংবা পোকই, নুংঙাইবা কাওই, কা অহু ঐখোই অহুমদং কম্বদা ইথন হেক থল্লি। ঙাইহাক ফম্মীন্নবা অসিদা মখোই অনিসি অমনা অমবু য়ান্না লুনা, নুংশিনা তৌনৈ হায়বা খংলকই। ঐম্ম মখোই অনিগী পুন্সিহু মিহৌদবা ওম্লক্কে। অহুবু খুংশেমগী কজরবা লৈদা মীৎ থক্লুবগুম লৈহিদি চেল্লমদবম্ম য়াই হায়বা ভাবসি হল্লকপদা ঐনা খল্লকখি। ওম্ফোকপা হায়বহুনি লমহুইনা অজুর চাবা কংব্রগা অথাবা জাংনি হায়জিল্লম্মী হায়বদো ঐম্ম হেক তৌই।

খর লৈরগা সমরেন্দ্রসি মপাল অমুক থোরকখিব্রে। কবি অমুক তৌগ্রবজাংনো, লংকৈ অমুক চংগ্রবা জাংলা, নহালমুকম্ম পংকোয় কোয়রবনি হায়, মখোইগী অসিবু মচাম্ম পোক্কে বার্দ কন্ট্রোলগী ওপরেসন কা তৌবা চংলিবা জাংলা, মখোই অনিগী কাইদা অসিদি মহুহুম ওইরম্বা য়াইকো। অম্মুন্না ইতোমতা পংখল থল্লি। ময়ুমদা য়েংথোক্লুদবা য়াক্রে হায়হুনা নুমিদাংয়াইরম অমা চৎলে। কবিগুম্বা লৈরম্বা থোক্লবদি

মখোই অনিনা লৈমিন্নখমগদবা মওংতু মিংতা শংশং উরহুনা প্রপ প্রপ চংণ্ডি। মহালমুক ফম্মীরবস্থা কা অদোমদ য়োংশিল্লুই ফম্নমদ্রে। সরোজু থোরক্কুনা তন্নাম তন্ন'ম কৌশিল্লি। সমরেন্দ্রদি ফম্মু দা লৈরম্মে, মনাক্তা সুরেন ডোক্তরস্থ মথুং মশা তৈথোক্কুনা ফমথরম্বদা মণ্ডাইরম্মী। ঐদি ইঙক ঙক্লহনা "সমরেন্দ্রবু কয়া কম্না ঙমদ্রবা জাংনো? ঐদি ইত্তা তাদবনি।"

"এ ইবুংঙো গৌঙ্কিক্কি ফরে থোইনা নাব জাং নত্তে ইন্নাম্বনা মশাসি ফনবা হাথহ্না কাপলম্বতনি, চুন্নগী তাইতামিন দিফিসিম্নেনসিনি কৈস্ন থোইদোকপা নত্তে"। হায়গুম্নদনা সমরেন্দ্রগী মমায়হু তাইফেং তাইনা উই। অতুগা য়েংশিনখিবদা লৈরমঙ্গিবা হিদাক লিকলি ময়াম অতুনা তাকপদি মহাক ফনা কম্না নারুরে হায়বনি। সমরেন্দ্রস্থ হৌগৎকুনা ফমলে। সরোজুনা চা পৈরে হায়রক্কুনা ঐখোই ওম্নমক মী ফম্নবা কা অতুদা চংলে। চা থক্লগা সুরেন ডোক্তরহ ঐঙোন্দা "ইবুংঙো ঙাইহাক ফম্বীহৌথিসি ইন্নাম্বা মফম অমা য়েৌরুখিবা তারি" সমরেন্দ্র রোম্দা ওনসিন্দুনা চংলগে হায়রম্নগা থোকখ্রে।

"সমো বাবু কয়া কুইরবা জাংনো ওম্বিরুদ্রিববু?"

"থা অমরোমদি ফারম্মনি বাবু।"

"হৌজিক কম্বিম থোইদোকপা বেন্না চেদ্রেরনা?"

"হোয় থোইদোকপা মুংঙাইতবা লৈত্রে, তামো সুরেন্না মনাওদ মনাওদৌনা ফমশেন্নবিহুনা হিংহৌবনি, মাগী লমন য়াম্না তোল্লে ফরম্না শিংগদবনো থংদ্রে।"

"অওইবমক ডোক্তর সুরেন্না য়াম্না হোৎনখিগ্রমাল্লে সমরেন্দ্রনা লমন তোল্লে হান্নরকপদা সরোজুগু মমায় ঙাংশিল্লি মপি ঊন্না চেন্নি। সমরেন্দ্রনা মথা শমথরকই—

"তামো সুরেনগুম্বা ডোক্তর মনিপুরদা অনি ওম্নমগনি থাজদে খন্দুনা য়েংবিয়্ হৌজিকী মতমদা মীমুংশি চেনবা ডোক্তরবু কনা লৈম্নিবগে?" মনিপুরদগী রা নত্তে মফম পূম্নমক্কী মানি ডোক্তরদা

ঈ্যমেনিতি য়াওদ্রে হায়বসে প্রোব্লেম অমা ওইনা খন্নরবা রাকমনি, অদুবু তামো সুরেনদি এক্সেপসনলী, অসুপ মমল য়ামথ্রবা হিদাকশিং অসিমু ঐনা ওন্না কান্দা মচিং মচিং ওইনা হনজিনজো হায়রদুনা মশানা পুবি- রকলিবনি, ঐগীদি মীগা লৈজ্জদবনে হৌজিকী মতমদা ডোক্তর কৌথোক কৌশিন, খল্লদুনা য়েংবিয়ুদো বাবু।"

"চুম্মী সমো বাবু, হিদাক অদুবুদি মাগী লৈজবগী ওইরম্মতু য়াই অদুগা মাগী "হ্যামেনিতি" অসিবুদি ঐখোইনা থাগৎতবা ওমলোই।" অমুম্না ঐমু পাংশিল্লি।

পি নৌবসি মুপীগী হৌনশা ওইরমাল্লে, সরোজুদো মপি তৈথে।জুনা হৌগৎখ্রে। ঐমু ওহাক যম্নগা অদুম লাক্লে।

সমরেন্দ্র বাবুসে নারুহৌগৎলকপদগী মশাদু বিং বিং লাউরদুনা য়েংব নুংঙাইরে। থা অনিরোমদি ঐমু মখোইদা তোয়না চৎলম্মী, মখোয় অনিগা কম্মীরদুনা রারি শাবদু য়াম্না নুংঙাই। নোংমদি ঐনা সরোজুবু মশা রাই শংব্রবরা হায়রদুনা সমরেন্দ্রদা হংলুই। মহুদা সমরেন্দ্রসি মমায়দু ঈচপমুক ঙাংলদুনা তৌদে হায়না খুমখি। মুপীনা ইকায়গদৌবদুবু মুপা মানা ইকায়রিবসিদি লাইমমু ইকাই খিজনল হায়রদুনি। ঐ মখা তাদ্রে। ঐনা অমুক্তা হেন্না ওকইবনা মুমিং অদুগী মতুংদগীদি মখোইদ ঐবু ফমহন্নীংদবা মওং উরিবদুনি। মীনা কমহন্নীংদে হায়বা খংলবদুদদি ঐমু কম্নুবা হৌনদে হায়রদুনা মখোইদা খক চংলুদ্রে। মপান্দদি অদুমক তিঁরৈ মযুম চংঙুদে হায়বদনি।

খর লৈরগদি সমরেন্দ্রসি মওং অমা অমুক তৌখ্রে। চিন্তাগী শককমদ পুদুনা লৈখ্রে। ঐনা কদৌরবগে হংবদনু করিসু তৌদে, অদুম মহায়। মহাক্কী পুক্লিংদা মহাক্না পুজবা ওমত্রবা রাখল অমনা তৎতনা ওংলে হায়বসি মাগী মতৌ অদুদগী লায়না খংবা ওম্মী।

খর অমুক লৈরগদি মহাক মপান থোরকখিদ্রে। কোলেজদগীমু ছুটি লৌখ্রে হায়রে। ময়ুমদগী চৎথোক্তে হায়বা পাঁউ তারে। ময়ুমদা ঐবু চাহন্নীংদে হায়ব খনে খংনা মাগী মতৌ অসিদা ঐমু চিংনয়ন্না

নেংমা নুমিদাংরাইরম মখোইদ চংলে। সোকাদা সরোজু, অহুগা সমরেন্দ্রনা কম্মুংদা লৈরম্মী। অমুক নাৱবর হায়হুনা ঐ নুংশা থীরম্বে, অহুবু মহাক মশা নাবদি নংলমন্ত্রে রাখল নাবা ওইরম্মে। ঐগী থোন তাবদা হৌগৎলক্কুনা কম্মীন্নরে।

“ইকেম্মা সমো বাবুসিবু কৈদৌরবগে, মসিবু ঙাওহুনা চৎকদৌ-রিবরা কৈনো, ঐদি চান্নবু চিংনরেনে” সরোজু নোক্ক মনোকই খুমদে। সমরেন্দ্রদি মোকম্ম নোক্কে, ঐনা হায়রিবকাহু ইতা তাদবদৌনা ঐঙোন্দা মহাক্কী চোকথরবা মমিং অনি অহুনা চাগদগুম য়েংহুনা লৈ। সরোজুদি থা শুরকপগী মতাং য়ৌরম্মে। মমিং মনাহু ইকোম কোম্মী। অহুবু কুচুনে কুমেন্নে, মশা লুমথরকপগী অরেম্বা শককম অহুনে শক্কী কজবদি হন্থদে। ঐ মঙোন্দ হাইকেত্তংগা য়েংবদগী হেন্না চান্ননা মায় ওনশিল্লুবা ঙমদ্রে। অঙকপনি শক্কী গুন হায়বা অসিস্থ।

ময়ুম হায়র নুংঙাইরে, নুপী হায়র কজরে, সমাজগী থাক্তস্থ মশা কোলেজগী ওজানি, শিদগী হেন্না নুংঙাইগদবসি ময়ায় ওইবা ইমুংদদি পংঠৈ লৈরম্বোইদ্রা খল্লি। মচা লৈতবগী চিন্তারা হায়রম্ম মগা কংজ-গদৌরে; সরোজুগী কিবমসিনদি মমিং মমায় পাংগদবা পংকুই কুইরম্বোই হপ্তা অমা অনিগী মনুংসিদা শোয়দনা ওইরবা য়াই। মসিদা সমরেন্দ্রনা অন্নাবগী শককম পুহুনা চিন্তা তৌরিবসি ঐদি খনবদা মম্মী। ঐখোই অহুম কম্বহু রারি শাবা ইনুং নুংঙাইত্রহুনা ঐস্থ চা থক্লগা অহুম হল্লক্লে। ইতোমতা ভাব জাং জাং পুথোক্কুনা য়েংস্তি হায়বদি মাগীসি অঙাং উনবদা সরোজুদা অন্নাবা থোকদ্রা হায়হুনা মহাক্না হান্না রাৰিরিব্রা? মসিস্থ ওইবা য়াই, মরমদি মহাক্কী মথ্বাইদি সরোজুদা পাল্লি। মমাংঙৈদা ময়ামস্থ ঙাংনবিথিবহুনি শ্রীরামচন্দ্রনা সরজুদা চোংথহুনা থুপথিবগুম সমরেন্দ্রস্থ সরোজুদা লুপথিবা য়াই। রাকমস্থ থোকই মরমদি হন্দক্কী অসিনা অহানবনিদো। নুপীগীদি মসি শিবা চংবগী তাংকম অমনিদো। অওইবমক, হায়বস্থ য়াই, সরোজুগুম্বী গৃহলক্ষ্মী অমনা পুন্সিগী অসিগুম্বা খেনকম নকশিল্লক্রবদা কররম্বা নুপানা মপুক্কিং লৈতানা লৈথোক্লবা ঙমগনি?

হপ্তা অমরোম লৈরগা নোংমদি অমুক ওস্তানা সমরেন্দ্র বাবুসি ঐখোইদা থুংলরে। মহাক্কী থম্মোইমুংদা ওমহুনা চাকলিবা মৈত্তুনী মনিল ঐঙোনদ ফাওরে। ঐখোই অনি ঐগী কাদা য়োও ওাশিল্লগা চিক্লা ফমলে। মুপীনা চা পুশিল্লকপদা অঙাং চংহল্লকনু রা অরুবা অম্মা থম্লগদবা লৈ হায়হুনা মাবুস্থু তাম্বোকখ্রে।

"সমো বাবু চুম্না লেংথোরকপম্মা নত্রগা রা অরুবা অমকা লৈরবরা তৌবিরকলিবা কিবমসিবো।"

"রা য়াম্না লুবা অমা লৈরে, তাম্নগে লাকলিবনি।"

"কয়াম লুবা জাৎনো ? হৌবা য়াথিরোইদ্রাও ?

"য়াম্না লুবা জাৎ'ন।"

"অছুবু তানিংলে হায়রোনে।"

সমরেন্দ্রসি ঐঙোন্দা চাগদৌগুম য়েংহুনা লৈরে। ঐনা "হায়রোনে, ঐ কনাদম্থু হায়দোকওঁনে, ঐবু থাজদ্রে সিরা ?"

"সরোজু অঙাং পোক্লে।"

"মমা কৈস্থু ভৌত্রা ?"

"তৌদে।"

"অঙাংদি !"

"মুপানি"

ঐ খোর মপী হোন্দোকই—"নং অমা ভাই অছুম হায়না মীবু মুংশা থীহনবা হৌনবরা, ঐদি শোরি পারি থমুরে।"

মাদি হায়গী শককমদো হোংদে, মখিৎ অনিছু ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংহুনা লৈ।

"সমো বাবু কৈদৌরবগেনে, অদোম্বু ওাওহুনা চংকদৌরবরা করিনো, অঙাং পোকলে, মমাম্থু কৈদৌত্রে, অঙাংস্থু মুপানি, অছুক ফরবা অছুবু করি অমুক রাবিরিবনো ?"

সমরেন্দ্রনা "অঙাং অছু ঐগী নত্তে" হেক হায়রকপদা ঐ খাই লাউই খিং ভন্দন পাই। ঐনা হত্থরকপদা মাদি ইংলবা চাহু চুপ্তুনা

লৈরমে। ঈপাম্বাদা শুগংলম্বা ঈশিংনা ঈথৈদা হুম্বখিবগুম সময়েন্দ্র বাবু নেমথরে।

"বাবুগী অঙাং নত্তে হায়বদি কয়া?"

"সরোজুনা হায়বনি।"

"সরোজুনা।"

"উম, ঐখোই অনি লোয়নদ্রিবৈদা ভিভেলপ তৌরকপনি"

"নখোইদি করিগী লোয়নদ্রিবা?"

"মহুগী বারীদি শাংখ্রে, মমাংবৈদা ঐনা মপান্দা কোয়রুবনি হায়বহুদা ঐখোই অনিমক্কী হকচাং "চোক" তৌরকপনি, মহুদা ভোক্তরনা ঐগী লাইথুং লৈ মতম খরদি যারিবমখৈ নুপী লোয়নখিদবা কৈ হায়-রকপনি—মহু নংঙোন্দস্থ তমথোক্তে নিংন নিংন অহুম তঙথোকখিদ্রবনি।"

"অহু ওইরবদি অঙাংগী মপাসিদি কনানো?"

"পুকচেল চাউরবা, মীনুংশি হৈরবা ভোক্তর সুরেন।"

"অসুপ কুইবসিদি ঐবু খংহন্দ্রগা হৌজিক খংহল্লকলিবসিদি করিগীনো?"

মতাং অসিদা সময়েন্দ্রসি মপি ঈরা চেল্লে "ভাই ঐনা সরোজবু অসুপকী মতিক মুংশিজৈ—মানা থৌদোকসি হাযদোরকপা মতমদা ঐ ইতোমতা শিরগে তৌরুরবনি মহাক্কা কপ্তুনা খামলে, শিব ভারবদি মানা মাঙ থাগনি হায়রে। মহাক্কা অরানবা লম্বীদা যাকবস্থ ঐগী থরাই হিংননবা হোৎনবদা মহাক্কী থিবিক কথোকপনি হায়রে। অহুদা খন্নুনা য়েংঙু ঐহাক্কী নত্তে খংলবা অঙাং অসিবু ঐনা করয়া য়েংহুনা লৈগ-দৌরিবনো? মা লৈরিবমখৈদি ঐগী থম্মোইদা হকথ্রবা দাগ অসি মুৎপা তপয়া য়ারবোই ভাই—সুপয়া য়ারবোই। অহু ওইরবদি অঙাং অসি গর্ভদা মাঙহল্লসি হায়রহুনা হোৎনরুরে মাংদ্রে। হেনজিয়া হোৎনগদবস্থ মথাদা শোক্লগদ্রা হায়হুনা ঐনা হোৎনদ্রে। অঙাং অসি হেক পোকপগা ভুমিয়া লোইশিনসি হায়নহুনা লৈরকপনি। ওরাং মুংদাং নোংয়াই চবুক্তা অঙাং অসি কনাস্থ য়াওদনা পোক্লবনি। ঐনা অঙাংসি ঐখোই অনিনা

তৌবা থৌরাং মতুং ইন্না হুন্দোক্লগুরগে তৌবদা সরোজুনা য়াত্রেনে তাই, অঙাংদো মানা চেজেং কোনশিন্দুনা থমখ্রে। মাগী মতৌহু উবদা ঐ ওকপা নত্তনা কব্রিস্তু উপায় লৈখিত্রে, নংস্তু হায়্ন কব্রিনো ঐনা তৌগদবসিবো। হৌজিক ঐনা তৌগদবসিবু কব্রিনো নহাক্না তান্নগে লাকলিবনি।"

ইংলবা চা অহু ঐনা অমুক্তং চিংলুই "ঐখোই অনি বাবুগীদা য়ৌরসি ঐ কি অমুক্তা হোংজরকখিগে।"

ঐনা কি শেৎন শেৎন খল্লি—মমা হায়বসি মমানি। হিংচাবগী মচাস্ত্র ওইজগন্ন মমাগীদি মমানি।

## লমন খুম্বা

ঐদি মনিপুরগী রাংমদা কুইনা লৈথোক্লুবনিন, হনজিল্লকপদা ইরৈ-কাইগী মীশক ফাওবা ইথং থংনদ্রে। লৈকাইগী মো অমদি নৌনা হোংগংলকপা ইমুংগী মীশিং অসিদি মমিং মথা ফাওবা ঐত্তোন্দদি পুমনৌ নৌনা থোক্লে। লৈকাই অসিদা অফবা মী অমনি হায়হন্নীংবনা ঐখোই লৈবক অসিদা থেংনবা মথৈ থংবা থংদবা ওক্তা পংইন্দা ইল্লি।

সলাম ঙৌরাযদগী হোংগংলকপা চহি অহুমলোমদা মঙাইরি হায়-রিবা থিংবাইজমগী ইমুং অসিদি শেন নমথীনা পায়রবা জাংনি হায়নৈ। ইডুকেশন আফিশদা য়াওরিবা থিংবাইজম তোম্বা অসি মশাদি য়াম্না নাল্লী, অদুবু ময়াম্না মিহুল অমা হেনবগুম তৌবনি হায়। কদায়দ হেল্লিবা মিহুলনো ঐদি থেংনদ্রি। মানগা অনৌবা ওইরম্বগা ঐনা থোরকপ কুইদ্রিবসিগা মতা অমা চানরুদুনা ঐখোই অনি তিন্নরি।

ঐখোই অনি লুংশারাইরমদু সাইকল অমমম ইল্লদুনা ডিমাপুর লম্বীদা অরাং পাংনা হাইগংলি। আফিসগী কবিগী তৌরিবা ঈরাং, লৈবাক্কী করপসন, মুপীশিংগী ওক্তবা শাজং, মরক অসিদা খুদোং চাবা লৌহৌদুনা থরনা মরাইবক শেমগৌরিবা ময়াম অসি ঐখোই অনিনা রারী শারম্বদগী ঐনা হায়কই—

"তোম্বা বাবু মনিপুর অসি কৈনো অমা তৌরেদা, মোরেলগী রাসি ইরাওবু য়াওনরক্তে—ঐনা গৌহাটিদা লৈরিঙৈদা তাবরু—হা— লম-ফেলদা মচা হুন্দোকলম্মে— হা মচা লংথোক্লম্মে অসি ওাক্তা মঙাইগ্রে।"

"তৌববুদি বাবু, বাবুনা তাবির পাউশিংছু হেক তাবদা থম্ব ঙক্লা থোক্লমগনি, মতাং অসিদা ঐগী তো ঙানবা মোং অমা লৈজ্ঞে, হায়বদি, অঙকপা থৌদোকশিং অসিবু থোক্লনবা ইনশিল্লকলিবা মচাক্তু কন্নি লৈবগে হাযবসিদি ময়াম্না থক যেংশিনবিদে — ঙসাইগী বাবুনা হাযবিরিবা, মচাবু হুন্দোকপা, হেক লংথোকপা হাযরিবশিসি তগাই তন্নাই হেক ওইথোকপা য়াবা পোৎ নত্তে, অহুবু ওইথোকচক্রকইবশিনদি, ঐথোইগী সমাজ অসিদা মসিদগী হেন্না ঙক্ল ঙক্লবা মশক কযামকম লৈরে হাযবসি মশানা তাবনি —অহনা বাবু নিংতগী পিদি তৈথোক্লনা নিংশেলদমক নাম্বোকপনদি হন্না হন্না মিংশেলহ মম্বা তাবনি।"

"মহুবুদি অচুম্বনি, অহুদা বান শন্দ্রনা যেংঙুদো, ইচাবু হেক লংথোকপা হায়বসিদি—ই—ঐদি থনবদা ব্লানা পোকই।"

"ফরে অহুদি ঐ চংন চংন রান্নী অমা তৌজগে।

"তৌৰিয়ু তৌবিযু তাজ্জগে।"

'ঐদি লরায়দ কুইনা লৈরক্লবনিন শংজবে, ঐথোইগী লবাই নপা অমনা ইম্ফালগী নিঙোল পাম্বসিনি হাযত্তুনা কান্নদবা জাংনি বাবু, চান্নানা হেক্তা মপামথ্রবা জাংনি—"

"সোমস্থ তৌবিকরবা জাংলনে হাযবিনিলসিবো ?"

"হেন্না, তাদ মতাওবা।"

"হোয হোয়, ফাগি তৌবনিলা।"

লন্নাইগী মচিঞ্জাক কাবক চাজ্ঞিবা ইম্ফালগ শঙ্গ তৌনা ইমুং অমনা মচানুপা বি, এ, অহুগী মনৌস্থ বি, এ অমা ইম্ফালগী ফ জবহুদি মৈতৈ ব্রহৈদা "শরেংস্থ থোং থাউস্থ পাক" হাযবহ তাথ্রবা জাংনি। নুপী অসি মশক মতৌস্থ লৈবা জাংনি, মহক্কী মরাৎপা হাযবনু মপা লৈত্তবা, অহুগা লাইরবা অনিসিদনি। মমানা লরাইগী ইনাক খুনবা ইমুং অসিগা লান চেনহৈদা থনথিনক্লন উপায় অম ওইবহুনা অরাং অপা লৌথোক লৌশিন তৌবা জাংনি। অত্তগা লরাইগী ইমু অসিনস্থ ইম্ফালগী নিঙোল পামজবনিনা মতাহুম ফনা চারে হাযহুনা মচানুপী

অসিনা বি, এ, ফাওবা তনম্বহ্ অতুম শোগৎলবা অাংনি। ইমুং অসিনা পৈশা মতিক চানা লৈবনিনা ইম্ফালদা ইংখোল লৈত্তুনা হোংগৎলক্লগনি হায়বত্তুদা চিংনবা লৈতনা লুখ্রাবী অসিস্থ মচা মুপীসি থাজবনি।

ফিরাল মমায়নবু চুন্নবদি জিবি জিরি হাইগৎলি হায়ত্তুনি মুপীসি লুহোংবা থা ফাদ্রিঙৈদা ইম্ফালগী হাইস্কুল অমদা ওজা ওইরে। ওজা হেক ওইবগা হপ্তা অমগী মনুংদা দিল্লীদা বি, এ, ইডুকেশন ত্রেন্নিংগীদমক ষ্টেটনা থানবা খনবদা য়াওরে।

"তোম্বা বাবুগিসিবু রারী ওইবনরা কন্নিনো থুনা খনমল্লিদা, ওজা অতৈ লৈত্রবনরা?

"এনা হায়জরিবসিনি ফিরাল মমাযনবু চুন্নবদি জিরি জিরি অতুম হেক্তা কাবনি, বাবুনা হেন্না খ'বিরিত্তুনি, হৌজিকী মতমদা শেল অমস্থং শক অ'নি অসি লৈরবদা ওইরোইদবা কন্নিস্থ লৈতে।"

"ভাব ত'জরে রারী মখা চংথবিরো।"

"খুল অমস্থং ইমুংগী অহল লমন্নদি যুম পান্নবী মুপীবু ল ফৈদা মতোমতা কন্নম্না থাদোক্কদৌরিবনো, 'সিদা সুম ওজা অমা ওইরসিনা ওক্লেদা হায়রি। নহা[illegible]খনদি—থায়নগী খোংনা বৃন্দাবন চ লিঙৈগী রাহ্ হৌজিক শুক্রংদা মা [illegible]ইরবা যুগ অসিদা চংনবা য়াবপোৎ নত্রে হায়ত্তুনা অহনশিং অত্তুবু চৈহৎপি। ওম্ভোকপা যুগ হায়বত্তুমল্লি অহলনা নহাবু রারক-রাতেন্নরম্বদো হৌজিক্তি নহানা অহনবু চৎনলোন তাকপিরে। ইম্ফাল নিংঙোলসি মাগী মুপা অত্তুনা দিল্লী ফাওবা থিনবিরুবে।

পূজা ছুটিত্তু মমান্নবীশিংগা থোকমিন্নরকই হায়ত্তুনা যুম য়োৎরক্লে। নোংঙাল্লগা মমাগীদা লৈগ্রে। মাগী পরিক্ষা লোইদ্রিফাওবদি খর রাইশংনা লৈজসন্থ হায়ত্তুনা ইমুংসিনস্থ প'থি থিজিল্লুত্রে। পূজা ছুটি লোইরগা মমান্নবীশিংগা অত্তুম চংমিন্নখ্রে।

খর লৈরগা মশা রাই শংদবগী পাউ পিন্নকই। মুপা অসি হরাউজৈ। মানা খল্লি দিল্লীগী ঈরাং চুরণদবা অঙাংনি। মহাভারতকী রারীদা অভিমন্যুনা সুভদ্রাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদা মপা অর্জ্জুনগা শ্রীকৃষ্ণগা

চক্রবিহুগী রারী শাবহু তাহৌহুনা মহাভারতকী লান্দা দ্রোনগী চক্রবিহু কাপখায়বা ওমথি। অহুনদি অঙাং অসিনা মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈ মহুং অসিদা, মমানা তারু উকবা খিবিক অহুগী মমিহু অঙাং অসিদা শোয়দনা তাকম থোকই। দিল্লী হায়বসিদি ভারতকী কোন্নুং ওইরিবনিনা কজবা অন্নবা পুম্নমক্কী তিনফমনি। অহুনা মাগী অঙাংসি মনিপুরদ পোকপ অঙাংশিংদগিদি হৈশিংবা শোয়দনা হেল্লগনি হায়বা ভাব অসিদা মুপাসি হুরাওবনা লোইরে।

"অঙাং মপাসি মহাভারতকাস্থু কজনা খংইপোৎনিনা।"

"করিরানো বন্ধু, রারী লাংরিক তাবা হায়বসিদি হৌজিক্তি লরাইগী ওইরবনিনে, ইম্ফালদদি ভীমখোই হনুমানখোইনা কনবহু মরম চাদে রিজনিং য়াওদেকা হায়জিন্দুনা কাগি তাহল্লবা পোৎনি।"

"হোয়নে হোয়নে মখা চৎথরোনে।"

মুপা অসিনা পৈশাকাস্থু পৎথা থাজিল্লি, খুদোংচাবা কংলিঙৈদা চৎনিং য়েংনিংবা লোইনা য়েংথোরকউ, মতুংদা অমুক চৎপা ওস্বগী রা লৈতে হায়রহুনা চিঠিকাস্থু ই-খোৎলহুনা থাজিল্লি।

হায়গুম্নদনা চহি অমগা হায়বসি থাইনদি কনা শাংব মতম ওইন তৌরম্বনি, হৌজিক্তি হৌখিবহুম খংহৌদ্রে হায়হুনি। অওইবমকস্থু হৌজিকী পুন্সিসি য়াম্না য়াঙনা চেল্লমাল্লে।

"ভাইগিসিবু রারী মশারা নত্রগা ভাইগী কমেন্তরা?"

"অহুম মতাওবা।"

"ফৈনে ফৈনে।"

ইম্ফাল নিংথৌল অসি পরিক্ষা লোইরহুনা থোরক্লে। মুপা অসি মুংঙাইরে। মাগী মুপীসি মঙোন্দা হাইকেৎ ওস্তক চায়, অহুবু মহাক খক রারোদে, মহুগী মহুৎতা মহাকী মুপী অসি খুল অসিদা মথক্তা নম্বীনবা লৈত্রবনি খন্দুনা চাউথোকচৈ।

নোংম মখোই দিল্লী পার্টি, ছাত্র ছাত্রি ময়াম চাক চাননি হায়হুনা ওক্তা চৎখিবহুনা মুনিং তারব কাওবা হল্লক্তে। মখোইগী চাক চানকম

অদুদা ইকাই ইকাইনা মাগী মুপা অসিনা থিরুরে। মখোই হাইদোক্লখিবা কুইরে হায়রক্লে। লম্বীদা থৈনবা ওইরম্বা তারে হায়দুনা মমুমদ অমুক হল্লক্লে; অদুবু মাগী মুপী হল্লক্লমদ্রে। মহাক মুংশা থিরে। অহল লমমস্তু ওাংলে। মা ইকাইরে। অমুক থোক্লুনা থিরুগদবস্তু ময়াম মমাংদা ইকাই-খাংদগী শাউথিদুনা মা ওসিদি লাকখিসমু হায়দুনা শিওদুনা লৈরে। শুপহল হল্লক্লে। অহিং নোং শোয়বা মহাক মিং কল্লা অমতা উইশিনখিদ্রে।

নোংঙাল্লগা থিরুবদা মমাগী মনাক্তা লৈরম্মে। ইশম শম্না ওরাং চাক চানবা লোইরগা ময়াম সিনেমা য়েংওবদগী থেংদোকশ্রদুনা মমাগী মনাক্তা চংলবনি হায়দুনা খুমলে। অদুবু মহাক্তি লৈশাবীমক্তি নক্লেদনা হায়রুববু ইরায় লায়না—লৈশাবী নক্লগা কৈদোগে খুমদোরক্লে। মুপাসি রা মখা তাকম লৈত্রদুনা "ফয়েনে অদুম লৈরোনে" হায়রম্লগা লাকলে। মুপীসি থৌরা ইশা শাদনা অদুমক লৈহৌই।

ময়ুম য়ৌরগা মুপাসি য়াম্না মুংওাইরক্লে। মাগীসিবু করি হায়রিবা ভাবনো হায়রদুনা মওল মওল খনবা হৌরে। শুম মুংওাইশিল্লক্লে। মমৈথংগদি মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লে। ময়ুমগী অহল লমম্না হংবদা মাগী মুপীসি মশা লুম্নদুনা স্কুল কাথোক কাশিল তৌবসি খর রারে, অনকপদা লৈবনা খুদোং চাবা হেনগনি খন্দুনা মমাগী মনাক্তা মতম খর লৈহল্লবনি হায়না খুম্নলে।

মহাক্লা হূমদুনা থিবদা খংলে, দিল্লীদা মাগী মুপীগা য়াম্না চান্নবা তোক্কর তম্মীবা ছাত্র অমা লৈ, মখোই লৈকাইদগীনি, মখোয় অনিসি য়াম্না লোন্দিন্নৈ। পাউ অসি হেক ফংবদগিদি মুপা অসি শাউথিবনা মৈ হৌরে।

মানা হোৎনজরুবা থিবিক উৎতা ঘী হৈরবা। অসিগীস্তু মথক্তা মানা মুংশিজরুবা শরুক অদুবু ফাগি শান্নবিরবা। মাগী খম্মোইদা পিন্নিবা জখম অসিদি মৈনা ঈশিংনা চামদুনস্তু কোক্লবা লৈত্রে।

মহাক মুপী অসিবু হাৎতুনমু পেনগদবা লৈত্রে। অঙাওবগা চপ মান্নপ্রে মথন্তা মুকম মুকম শোল্লি—"ঐনা চাকপগুম মাবুমু চাকহনগনি, মা হিংনা হিংনা ভৌগদবনি" তৎপা লৈতে মানা শোল্লিবা।

মাগী মুপী অসিনা পাম্বা অমদি লুনা তৌজবা পোৎ খংদে, মী খংদে, ঙম্নমক মাগী য়েক্লবা ওইনা লৌএ। পোৎতু থুগাইবগা অমদি মীতুগী মাংনবা শিল্লগা মা মুংঙাই।

মাগী মুপীশি থা মুজিল্লক্লতুনা স্কুলদগী ছুটি লৌরে। ইমুংগী অহল লমন্না ময়মদা পুথরগে হায়বদা মুপীগী মমা অসিনা ইস্ফালদনা খুদোংচাবা হেনগনি, মতমগী চৎনবিনিনা মাইবী তৌরমুসি মুপী ডোক্তরবু তৌহনসি হায়তুনা মপানদা অতুম থমলে।

মুপা ময়ুম অসিদি শেন মরাং কায়বনিনা ডোক্তর কৌরু খোৎলুবতু খুদক্তা হেক্তা লাকপি। মুমিদাং পুং ১০ তারকপগী অতুরাইদা অঙাং তারে, মুপানি হায়তুনা রা রা লাউনরে, হৱাউনরে। অঙাংগী মপুবোক অসিনা তিল্লরিবা ময়ামতু চাউনা দক্ষিনা তৌরে, মহৈ মহৈ মুংঙাইনরে। ষষ্টি চাউনা শোনগনি, লিলা ফালা তৌনি হায়তুনা লিলা মমিং থিগৎনবমু য়াওরে, খরনা খোংজোমপর্ব্ব তনি হায়জিল্লকপমু য়াওই। মুপা ময়ুম্নদি মল্লমদ পুথতুনা শোনবনা ফগনি হায়রি, মপামগী কাংবুনদি সিদা মুম শোন্নবা তৌবসি হায়তুনা তক্লরি।

মথং মুমিৎকী মুমিদাংরাইরমতু খোম ইনবীনা খোম পীথক্লন্দ মঙাইরি অঙাং অতু ঙৌরোক ঙৌরতুনা তনোই তনোই মমানা কোন্দুনা লৈয়ন্মী।"

"কৈদৌরে লেপ্লবদি।"

"রারী লোইরে।"

"কৈনোনে তোমবাবুগী রারী মরোইসিবু?"

তোম্বা খুমলক্তে। ঐখোই অনিন চৎলম্মীবতু চীংমৈরোং মপা য়ৌরম্মে। তোম্বনা হল্লসি হায়তুনা সাইকল তোংখৎতুনা প্রপ প্রপ রা

মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা থৌরকলে। ঐনা চিন্দি থোক্তে, পুক্লিংদা খ'ল্লি—মরাম্মা মিহুল অমা হেনবনি হায়বথুদি তৌইদনা। তোম্বখোইগী থোংগাল য়ৌরে। ঐনা বাবু লেংশিনহৌরো হায়বদা তোম্বনা কুমথখোনে ঐগী রারী লোইশিনখিগেনে হায়রকই। ঐনা ফল চোংথহুনা মনাক্তা চংশিল্লি।

"অঙাং মপাদো ঐনে, লেংঙো লৈজহৌরগে" হায়রগ চংগ্রে।

ঐ খোংনা সাইকলথু ইন্দুনা য়ুম য়ৌরক্লে।

# মচিন মৌপ্‌া

অহল অমনা নিংথেমচা ময়ূমগী ইংখোল মপা অসিদ লেপ্লগা মুরুম মুরুম শোল্লম্বসি থেংনবা অহুম মরিরক শুরে। ঙাইহাক লেপ্লরগা মুরুম মুরুম শোন্দুনা অহুমক হনখি। অঙাওবরা হায়রবস্‌ মফি মরোল অহুনা নত্তে হাযবা অহুম উংলি। মানা শোল্লিবসিদি কল্লিনো, চোই-রোল্লা, মখোইগী সোনো চুবা হায়বহুরা হায়হুনা নোংমদি মনাক্তা নক্ল ইরহুনা তারুববু, মাগীহু অতৈ নংলমদ্রে, "মীরা ঙাংনবা মীরা ঙাংনবা, পেল্লরিনি পেল্লরিনি" রাহৈ অনি অসিদ হন্না হন্না শোনবা ওইরমলে।

অহল অসি শগোল তোংবদগীনি হায়। নিংথেমচা ময়ূম অসিদা লৈরম্বনি হায়। অহুগা, থোকচোম্না লৈরিবা ইমুং অসিবু, ময়াম্না নিংথেমচা ময়ূম হায়রিবসিনদি, মনুংদা রা অমদি শোরদনা লৈরম্বা তারে হায়বসি ঐ চাম্রনা থাজরে। ঐহাক নোংমদি ইথৌমক ওইনা লৈকাই অসিগী অহল অমদা চংহুনা মুন্না থিঙ্জিল্লুরে। অহুগা লৈস্‌ লৈরম্মে—

নিংথেমচা ময়ূমগী দলান অসিদ শগোল-তোংবদগী অহল অসিনা কোন্দুনা থম্বালস্না হায়ব অমনে, থম্বালমরীক হায়ব অমনে মখোয় মচিন মৌপ্‌া লৈরম্মী। মচিন মৌপ্‌াসি ফাইবোক্লী। মমা সিজহু মখোয় অনিসি পোকপদা অহুম লৈখিদ্রে। অঙাং অনি অসি মনে সনান অমা, মদোমচান অমা পুখি।

লান কায়বদা মচাই মচাইনখিহুনা মখোয়সি ইতোৎ-তোৎনরুদ্রবনি। মপা অঙৌস্নান লান মনুংদা ঠিকা তৌবহু পৈশা হেক্তা পেকপনি

হাযনৈ। লান হঙ্গিসনরক্লবা মতুং কাইনথংদা শাখিবা মন্নমনে হায়, হৌজিক লৈরিবা দলান অসি।

জাপান লান (পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্লাও) মন্নুংদা মনিপুরদা চাইথোক্লম্বা শেল অসি অঙকপনি, হেক্ত তাউব জাংনি। লোকশিনবা হৈহৌবা খরনা হৌজিক কাওনা নুংঙাইনহৌরিব অসিনি।

ত্রিপুরাগী বেঙ্ক কাযথিব অতুদা অঙৌস্নাগী মশেল মথৈ ঙম্ন যাওথ্রবনি, মতুমক্তনা হেক মরম ওইতুনা মহাক অতুম লৈখিদ্রবনি। মতাং অসিদনি ইপা ইপুনা হায়নরম্বা —"না-শা, লেংদব লন্দি পৃথিবী ইমা ইবেম্ম অসিদনিকো" হায়বদো। অঙৌস্নান লৌ পরি মঙাদং লৈশিনহৌবতুনা লেংদবা মরল হায়বত ওইতুনা মচিন মৌপ্‌বানা মীগী খোংজিলদা লেপ্লু খিদে।

অঙৌস্নানা মযুম দলান অসি শারবা মতুদনি, মচিন মৌপ্‌াবু লৌশিন্দুনা থম্লম্বসি। মখোয় অনিসি পুরকপা মতমদ নুপীমচা থম্বাল-মরীক অসিদি লৈগাবী মচা পু কক কাজরে, অতুগা থম্বালস্ন দি নুপামচা ওইনা পুমঙাও ঙাওন লাকপনি। মখোয় অনিসি মচিন মৌপ্‌ানি হায়বদনি, পোকশদগী লৈমিন্নরক্ত্রবনিনা ইনৌ নৌনা পুন্নবা অসিদ মযাম্নবদোনা লোয়নৈ। থম্বালমরীক্লা নুপী ওইবগী হৌনবা জ্ঞান খর তাই।

মপা লৈখিদ্রবা মতুং অসিদা মনে সনা (হৌজিক নিংথেমচা মযুমদা লৈরিব, থোকচোম সনা) অসিনা মতম খর লাক্তুনা লৈবিরম্বতু পংকুই কুইদে। মপানা থম্লম্বা শগোল তোংবদগী অহল অসিনা মচিন মপ্‌াবু কোনবিতুনা লৈ। মযুম মকৈনগ নুংঙাইরে, লৌ পরি মঙা অতুদগী চাথ্রগ লেমহৌব কৌ অতুনা তাইথোক্তুনা পৈশা নুংশাগী অরাবস্থ খোইদোকপদি লৈত্রে, অতুবু শেল পৈব ইমু হায়বতুমদি নত্রে। অতুম ওইনমক মযাম্নদি লৈব্রিবোইদ মনিংঙি।

থম্বালস্নান ইগাও চাওন লাইরিক তম্বতু থম্বালমরীক্ল কোয়েং মচা শাতুনা মতেং পাংঙি। শগোল তোংবদগী অহল অসিনা ইংখোল শম্বল

অমদি লৌশিঙ য়েংশিন্দুনা শোয়দনবা হোৎনৈ। থম্বালস্না মেত্ৰিক পাশ তৌৰহুনা আফিস অমদা কেৰানি ওইৰে। চানবৰু ৰাত্ৰবদি ইনাক খুল্লী হায়বহুনি, নিংথেমচা ময়মগী ইমুংসি নুংঙাইৰে হায়নৰে।

থম্বালমনবীক অসিদি খৰগা চাউদম শাংদম্বনে, লৈশাবী মপুং মৰৈ চপ চানা কাৰবী হায়বহু ওইৰহুনা য়ংবদা অঙকপা ফংলে। হায়ৰবনসু অমুকতোইৰে।

"নিংথেমচা ময়মগী মচিন মোপ্পা অসিবু ময়ম মকৈ পানবগী য়া ইতৌ তৌদবসিবু কমদৌৰিব জাৎনো? মখোয় অনি অসিবু চুক শাৰনি হায়ৰববা?" ময়াম ঙাংনব ৰানি।

"কৰম্বনা অহল্লো নুপী অসিন হনবৰা, নুপা অসিন হনবৰা, মখোয় অনি অসিবু খ'দেনে, নুপা অসিন ইচে কৌবসু কৌদে, নুপী অসিনা মৰুনি হায়বসু তৌদে, মখোয় অনিমক মমিং মমিং কৌনবসিবু কৰি লোনচৎনো? কৰম্ব নোম্নানো? ঐখোইদি খংজদেদা।" লৈকাইগী মৌনহাশিংনা তোয়না শাবা ৰাৰীনি।

ওস্থোকপনিদা, মপুন্সি তেল্লকপাইদো অঙৌস্ন'দো, মচা অনি অসিনা ময়ুম মকৈ পানজব ফাওবদং লৈজনবদি, কযাদ যেংব নুংঙাইজগবনো। অহুবুদি, মীগী মৰাইবক্তা তম্নকা। হায়বসিনসু খেৎনুবা য়াব নত্তে, নহাল মপোক্তা মপা মমা মীৰাংবক্তুনা হন্দক মপোক অসিদ মমা মপানা নাউকোনবিবা হায়বহু ফংদ্ৰবনিদোসে।" মসিনা অহল লমম্না শোম্নবা ৰানি।

থম্বালমনবীক অসি মতম লিংগিদোৰে হায়হুনা মনে স্নাখোই মন্দোল-খোইনা থাজনবা কন্না হোৎনৈ, অহুবু থম্বালমনবীক্ক য়াব লৈতে; হায়দ হায়জিল্লুবগা য়ুম পাল্লৰোই হেক্ত নহায়। নিংঙোল অসিন য়াত্ৰবনিনা পিবা অসিগী য়েংলসী হাযহুনা কন্না অমা হায়নকৰে, মহুসু থম্বালস্নান শুপন্না য়াদে। মাগীদি মশান অপাম্ব পুশিনজবকনি, ময়াম্না কৈসু

রাবিরক্তু হায়দোকই। মখোয় অনিন নুংদ ঈশিং চাইবগুম লৈথোকপ্রব অহুদদি, ময়ামস্তু মচিন মৌপ্াগী মন্নুম পানবগী রাসি হৌদোক্লখিত্রে।

"মচিন মৌপ্ানি হায়হুনা লৈরিবা পাখং লৈশাবী অনি অসিন কাইবোক্লিগ হায়শিল্লে, পিক্লিডৈদগ লৈমিন্নরক্তে্, চহিদি কুন্থ্া রৌদো-রৈনি, হৌজিক কাওববু অমস্তু মন্নুম নাইখিগে হায়ত্রে, অমনস্তু নুপী খিগে খন্দ্রে; মখোয় অনিন তৌজবা শারিবসিবু করি মতৌনো? ইকাই শঙ্গোই হাংঙনে।" অস্তুন্না নুপী অঙাংনা কানা কানি ঙাংনবকপস্তু য়াওরে। অহল লমন খন্নদি "মখোয় অনি অসি মপা মমানদি নাউ-কোনবিরক্ত্রবনিনা অমনা অমবু থাদোক্লবা ঙম্মদ্রবনিনেসে; মুংশিদা, থাইন খন্বা খন্নু মচিন মৌপ্ানা তৌই হায়বহুনিনে, নিংথেমচা মন্নমগী ইমুং অসিনবু লাইররস্বা থোক্লবদি কয়াদনো মচিন মৌপ্ানা রারমগদবা।" অস্তুন্না শোম্নবিবস্তু ময়াওই।

মীগী ছিন্দ্রতবু থিনি বা, অরোনবতবু খঙনিঙবা, মাতনা হেন্নীংবা তাইবংনি। মসিমক লৈরমদ্রগস্তু ঙসি, চাউখৎপ হায়বসিমক, পুথ্রীদা তুংবা ঈশিংগুম মহৌশা খুংশেমগী থৌজালত ঙাইহুনা লৈরম্বা য়াই। অহুবু চাউখৎপনা ঐখোয়দা করি পীরিবা? মহৌশাগী খুংশেম থুগায়রগা, প্রকৃতিবু জয় তৌরগা ঐগোইনা করি ওইজরিবা? মসি থিজিল্লবদো অঙাওবনি। মানা অঙাওবা নত্রবদি করিগী মৈরানবীনা মৈরিদা চোংশিনগনি?

নোংমদি মচিন মৌপ্া অনিসি পুন্না লংফৈগী যাত্রা তৌথ্রে। ময়ুমহু শগোলতোংবদগী অহঙ্গ অসিনা শঙাহৌই। লৈকাই অসি মথুম মরাং তৌরে। ঈশিংদা তাখিব পোংকী মপা লাক্লবগুম মচিন মৌপ্াগী খোংচৎ অসি মহৈ মহৈ মপা থিন্নহুনা তাকপা তান্নরি। অহুদা লুরিববু, পোংকী মপুদি য়াওদবনা কনাস্তু চোংথহুনা ঈরুপ্লুদে। নহারোল মখৈনা হায়রি "মখোয় অনি অহাং পোক্তনবা ওপরেসন তৌবা চংথ্রিবনি।"

অহল মৈথনা পোক্লে 'হুশিদা', মচিন মৌপ্বা অসি মপা মমাগীদমক তীর্থ যাত্রা তৌরিবোইদো। অনি অসিমক হায়বদা ইপক পকই।

থর লৈরগ মচিন মৌপ্বা থুংঙরে। মথোয় অনিন হন্দক লংকৈদগী হল্লকপা মতুং অসিবদি লৈকাই অসিগী নহারোল মথৈনা মচিন মৌপ্বাবু কয়েন্নবা মীৎয়েং অমগা লোয়নন য়েংশিল্লি। নহালমখৈ মখোইনা অমম্বদা মারুবা পোত্তু থেংনরে হায়বগুম মহৈ মহৈ ফোংদোক্লে।

মশাগী য়েক্রুবসু নত্তবা অতোপ্পা মীগী মায়থীবা উবগা হল্লাউবা, মতোন্দা কান্নবসু ফংদবা মীগী মাঙনবা ঙাংবনা পোথাকম ওইনবা সমাজ অসিদা অমুক হল্লা মমায় উৎলবোই হায়রমাল্লে থম্বালমল্লীক অদো ইমুংদগী মপান থোবকখিদ্রে। থম্বালসনাহুসু মতম চুপ্পা মুংগুক মুংজান-হুনতা মরৈখ্রে। মচিন মৌপ্বাগী মতৌ অসি চান্নবা চিংনিংঙাই ওইরে মী খঙহন্নীংদবা মওং অমা মচিন মৌপ্বানা লোংলে হায়বসি ইকোং ফোংলে। হিঙ্গোল মতোন্দ শগোলতোংবদগী অহল অসিনা মপি তৈথোক্লুনা ফম্নম্বসি তোয়না থেংনরে।

মখোই ইমুংগী মতৌ অসিদা তুমিন্ন লৈথোকপা য়াত্রহুনা লৈকায়গী অহল থর চংহুনা অহল অসিদা হংঙুরে। অহল অসিনা কৈসু তৌদে হায়হুনা চেল্লম্বদগী মমৈথংদা হায়দোক্তবা য়াত্রহুনা হায়দোরক্লে—থম্বাল-মল্লীক ফিন্নুংদা লাইথুং পক্লে, ফনা ফুইয়ে।

নহালনা উবকপদা লাইয়েংহৌরম্লবদি শাফরমগদবনি অহুবু সমাজ! নংহবু ফিহুনা লোৎপদগী কেম্নরিবনিদো কয়ানা। অঙকপনি সমাজগী মগুন, লাইথুং লায়নামকপুসু সমাজনা হেল্লি ময়াই কনবা, মহু চাউবা।

থম্বালমল্লীক লাইথুং পক্লে হায়বসিনা লৈকাই অসি রা রা লাউরে। নিংথেমচা ময়মগী ইমুং অসিবু লাই লৈবগুম কিনয়ে। অসিদগীদি থীন্দ্রে থম্বালমল্লীক লাইথুং লায়য়েংশঙদা পুখ্রে।

মীরা ঙাঙনবা হায়বসিমুক মুংঙাইবা পোথাকম অসিবু অতৈ কৈদ লৈব্রিগবা? মচিন মৌপ্বাগী মরমদ ঙাঙনবসি তোকপা লৈতে। লাইথুং

পল্লক্তুনা লায়য়েংশঙ য়োথ্রব অসিবু করি লৈবগে থনবিবগী মহুত্তা মচিন মৌপ্‌া হৌনদবা শাজং চংপদগী লাইনা রারকপিরিবনি হায়নরিনেসে লৈকায়গী মৌনহা মথৈনা।

হৌজিক্তি মচেসু লৈতবগা চপ মান্নরবনিনা ইমুং অসি লেপহৌনবা মুপী অমতংদি খিজিন্দবা য়াদে হায়হুনা, মনেগা মন্দোলগনা কোয়চেন চেন্দুনা থম্বালম্না লুহোংলে।

থম্বালম্না লুহোংলবনিনা নিংথেমচা ময়ুমগী ইমুংগী মরমদা ঙাংনবসি লোইথ্রগদবোই নিংলুই, অহুবু থৌন্দনা অনৌবা ঈনোং হাজিল্লক্লে— থম্বালম্নাগী মুপীহু মঙানি চাক্লৌবদগী হল্লক্লে। লৈকায় অসিগী মৌনহা ময়াম লৈরিঙৈদা থম্বালম্নাগী মুপীনা কয়া কুইনা খাংলুগনি। হন্দক্তি লৈকাই লাম্থোকখিহুনা লম্বী অচৎ অওক ফাওবা ইমুং অসিগী রাত মঙাংনখ্রে। থম্বালম্নাহু মাগী অফিসতা কম্বা রান থোক্লে। মহাক আফিসদগী ছুটি শাংনা লৌখ্রে, ময়ুমদা কমহুনা লৈরে।

ময়াম্না ঙাংনবদো তাব ঙমজদ্রহুনা ময়ুমদ লোৎতুন লৈজরব অসি ফাওবদা পেনবা লৈতে মীরা ঙাংনবনা। খরনা হায়রি—"মহাকসু লাইথুং পল্লরিগনি।" খর অমনা ঙাংনৈ "মরাম্ন মপোৎ কারহুনা লমজাও থোরকপা ঙমদ্রবনি।"

থম্বালম্না। নংসু পাংমন্দেদনা, ময়াম্ন অহু য়ৌনা ঙাংনরবহুদি, অচুম্বনি অরানবনি খংলিবা মীশক্তি নহাক্ত মঙায়রে, চোংথোক্নুনা শেংদোকউদনা, করিগী লোৎহুনা লৈরি? থম্বালম্নাবু মুংশিবীবা কনান অহুক মশোনবীবা রানি।

করম্নবুদি শেংদোক্লুগনি? কদাইদা? কনাদা? মশামক্তী মরা-মকপুসু মশান থাজদ্রবা যুগ অসিদা থম্বালম্নাগী মরাবু কনান থাজবিগনি?

অয়ুক অমদি শগোলতোংবদগী অহল অসিনা হৌদোক্লুবদা থম্বাল-ম্নাসি মিছুল মাওরমদ্রে হায়হুনা নিংথেমচা ময়ুমগী শুমাং অসিদা, থানাবে লৈকাইগী মীনে পিক থম্না পৈরে। থম্বালম্নাহু তুম্নবা ভেরেং হেনজিম্না

চাযদগী হৌগৎলক্নবনি হায়রে। মাগী মোন মথাদা চিঠি অমা লৈরম্মী হায়হনা থানান লৌশিনখ্রে। চিঠিগী মরোলদি অস্নুমা ইরম্মী ঃ—

"সমাজ,

মীওইবদি সমাজ য়াওদনা হিংবা ঙমদে হায়নৈ। ঐহাকপুদি সমাজনা চন্নবিত্রবনিনা চৎলে, সমাজ লৈতবা লমদা। ঐ চৎখ্রে হায়বসিদি ইচেবু তাহনবিগনু।

# লৈরক অখুবা

শাগোলবন্দ লৈরক অখুবা হায়রবদি অমুক তাক্লরুবা লৈত্রে।

লৈরক অসি কুম অমদি লু-:হনবা তান্নবদা মকোক ওইরকই হায়ত্নুনা মনা ফংখিবনি, অত্নুবু কুমসিদি অমম অথেঙদা মী চৎনবা ঙমদ্রে। নাকল অনিদা হৌরিবা রাপল অসিনা মুংশিৎ মুংশা চংহন্ন্রদ্নুনা অয়ুক মুংথিল ফাওবা য়েংবদা হঙ্গোইরে, অহিংদদি শুরুংনি। নোংজু-পান্থাদনা পাৎ মচা অমা ওইনা শাংনা হেক্তা লৈব জাৎনি। লৈকাই অসিনসু মথং মথং শুমাংদা ফাওত্নুনা চৎনখিত্নুনা থোইনা থৌশানদ্রে। মরক মরক্তা শিব নাব থোকপা কান্দা দণ্ডি পান্দুনা শিজিন্নবত্নু মঙ্গায়রে।

কিবু কিরবদি নত্ত নত্তবা ভাব জাৎ জাৎ নিংশিংলকপসি হৌনশানি। লম্বী ময়ায়দা রা তুথত্নুনা লৈরন্নবদি কাল্লুন্নু, হেক কানবদা ফং হাই-গৎথিত্নুনা করাং শেগায়কা হায়বা রাত্নু নিংশিংলকলে। নহাল অমুকসু লাইঙৌ থোকপা হায়বত্নু ওইরমাল্লে হায়ত্নুনা পাখৎলুরবনি, অত্নুগা থোংবমগী অরাথবী পাম্বীত্নু তুরত্নুনা হুন্দোকপা ওইরমলে। মাগী অশংবা মকু অত্নু চৎথ্রগা মশিং ঙাক্ত ঙায়হৌবা মকুত্নু অমম্বদদি, ঙৌরোক ঙৌনা ইশাং শাংনা হেক্তা হিগু্না লৈব জাৎনি। ঙসিসু ঐ কিবগী জাৎতা লোইরে, মমথিবনসু অমম্বা মপং কোৎলে হায়বত্নুনি।

শুক্লবা লৈরক অসিগী নোংপোক থংবা মচিন অসিদা হৌরিবা খোংনাং পাম্বীসিগা, তোমাল পাম্বীসিগা, অনিসি ওইরে,—ময়াম্না হায়নরিবসি। খোংনাং পাম্বীসিগী মশা তেকপা থোক্লবদি, তেকলিবা

মায়কৈদো, মী অমদি হেক্তা মশিংরে। অসিনি হায়নরিবা। অদুগা, অমুক হেন্না শাথীরিবনা তোমাল পাম্বীসিনি। অহিং অথেঙবদা মৌনহা ফজপ্রবা অমনা তোমাল অসিগী মখোঙদা হেক মরৈরম্নবা—থেংনরুবা মুপাদো হিংত্রে।

কিবা হায়রবসিদি পুক্নিংদগী থোকপনি "চরোং হাপুংনা লাই শাই" হায়রবনি ঐনা কিবিদ্রগা লোইরে, ঐ কৈনু কিবিদে হায়দুনা চংলি। ঈশৈ ওংডি। ঐদি ঈশৈ ওংডিবনি খল্লুই, অদুবু "কিবিদে কিবিদে" হায়বা মখোল তায় কদায়দনো য়েংলুববু ঐগী চিনবান্দগী থোকপা মখোল ওইরম্মে। কিনা কিনা লাকপসিনা খোংনাং খোঙদু য়ৌরকদৌরে। তাউন এব্রিয়াদবু অম্নপ শোংহনবা হৌনবরসে, লৈরক অসিদমু খরদং মহাইদৎপিদু, খোংনাং অসি য়াম্বৎলগা তোতি খিনগনি হায়রকলিবা কনা মকুইরে। ঐ কিরম্বদগী শাউনিংবরোমদা ওম্মখিদুনা ইথম্তা মুকম মুকম শোন্দুনা খোংনাংখোঙ য়ৌশিল্লকলে। লম তরামুক্ত ওায়রকলবা কানসিদা তোমাল মখোঙদা মুশুক মুনা অনিথক ভুম্বক তুম্বক লৈবা উরে। ঐ লরাই শম চপ চপ য়ুংডি কোক পায়দুনা ফমথে। ঐগী ভাবনা উব জাংলা হায়দুনা মিংকুপ্তবা মথৈ শংদোকুনা য়েংববু খর খর লেঙবগুমমু তৌই। ঐ কিরে, খনাউ থ্রক থ্রক কংই। "কনানো" হায়দুনা অমুকুং খংলাউ লাউববু, অমদি ফুক হৌগংলগা থোংবম থোঙ্গাল মমুংদা পাইশিনথ্রে, ঐমু জ্ঞান হেক মাঙখিদুনা, হা! হায়দুনা তোমাল মখোং তম্না ফুজিল্লে। —ঐদি পাখংলুরমাল্লে, ভাব তারকপদা ময়াম লালভেন পায়দুনা ঐঙোন্দা ইকোয় কোয়শিল্লম্মে। মখোইনা ঐগী শকদু তাদুনা থোরুরকপদা, হাউবমগী তাদ তোমচৌনা লাকদুনা লৈরম্মে হায়রে। ময়াম্না ঐবু, অমম অথেংদা ইতোমতা কোয়বদি শিহৌদবা লাইবক কৈ, হায়দুনা, ঐবু অমুকমু অরানবা তাহল্লে।

ঐ য়ুম য়ৌরক্লগা চান্নমক ফুংঙাইত্রে। থোংবম থোঙ্গালদ চেনশিনখিবদু লাই মান্দে, অমা লৈহৌবদুনা কদায়দা মাঙখিবা, অনিমক মাঙমিন্নথ্রবদি লাইনি হায়রগে হায়বু……।

কুপ্তোদি কিগন খোংকন্দে, অদুগা লৈকাইসিগী চিত্রগুপ্তসু মানা ওইবনিনা, মাগা তানকম থোকই হায়দুনা মথং অমুক্তুদা, ঐনা অহিংদুদা থেংনাথিবা মওংদু, মঙোন্দা অমত্তা চিংথদনা তমলে। মানা ইশি শিনা নোক্লগা ঐবু পাপ্তুম পুরনি হায়রে। ঐনা ভাব তাত্রদুনা কণোমদগী পাপ্নো হায়রুবু, খোংবম ইবেলৈগা হাওবম তোমচৌগা অভিসার লেংথোকলিঙৈদা থুগায়রুবগী পাপ্নে হায়রে।

হাওবম তোমচৌনা তম্নবনি হায়বা খঙবদগীদি ঐ শাউনিংবনা লোইরে। অমুক্তা থেংনরবদি হেক্তা ফায়গে হায়বসি চপ য়ুংগ্রে। মীনা কিনরিবা লৈরক অথুবসিদা ঐনা অহিং থেংনা থেংনা তুমিন তুমিন হল্লকই। "লমন খুন্নীংবা হায়বসিনা মীগী মথৌ শঙত্রী" হায়বসি অচুম্বনি। "ঐবু খংহনথিবা, লৈকাইনা ঐবু অবানবা শিখিবা, কৈ, তোমচৌগা ইবেলৈগা অমুক্তংদি মফায়গে" হায়রা রাখল অসিনা ঐহাক কিবগী ভাব মচেং অমত্তা পকখিত্রে। থা অমরোম ঐনা তাল্লুহনা থেংনদ্রে। খরগা তম্ভরকপনে, নোংম তান চাকুরগা মরাইনা থেংনজগনি থন্দুনা তোকথোক্লে।

নোংম কাং ওকয়াদা নোংয়ায় মতুং পুং অনিরোম তারকপা অদুরাইদনি। মষ্টি অমা চংলুবদগী দুবিদা ফমথরকুনা ইতোমতা চল্লকপনি। থাবলসু মুসি মুসি তৌরদুনা লাই থোকল্লি হাযবা তাঞ্জাদুনি, মী অতৈদি লৈরক অথুবসি চৎলঙোইদবনি, অদুবু ঐদি কৈসু থৌশাদ্রে। অমুম প্রপ প্রপ লাকপসিনা খোংনাংখোং যৌগদবা পংলাপ লাপত্রে, মপা অসি য়ৌরকপদা খোংনাংদা তোমালনা নপশিন্দুনা হৌরিবদো, মিৎ থমকম হেক্তো ওইবনি। ভাবনরা করিনো তোমালদ মী অমা কাথংথিবগুম তৌই। মী অতৈ অমা ওইরবদি লাই তম্নরে হায়দুনা পাথংলগদবনি, ঐদি ভাব খংতা তাই "হাওবম তোমচৌনা তোমালদ তোংদুনা ইবেলৈ অভিসার থোরকপা ডাইরিবনি, কৈ ওসিদি তোমাল মথোদো যুগোল ওইরিঙৈদা হেক্তা ফায়গে, ঐনা যুগোল রূপ অমুক্তা দর্শন কংগে লুমলকলিবা ফুইরবনি, 'হুৱানবগী তৱানি মপুগী নোংম,'

ঙসিদি শোয়ত্রেদনা। মসি খল্লহনা, ঐনা পাকথহনা খর চংশিল্লগা হোরেল ফল চোংশিনবদা মখোয় অনি চেনবা নংদনবা ফিবম শেল্লে, ম্রিৎতি থোংবম থোঙ্গালদ অমুক তোমাল মখোংদা অমুক শিল্লোন শিঙ্খিন তৌরি। ফনা কুইরে, ইবেলৈ থোরক্লে, তোমালদগী তোমচৌসু কুমথরকপা তৌদে। তোমচৌ কুমথরকুনা হনথিত্রি ফাওবদি ঙাইদবা য়াদে, মহাক মতোমতদা তাইনরুবনদি অর্থ মপুং ফাবোই, ঙসিগী তাঞ্জা অসিদি লেম্ন মাংহনবা য়াবপোৎ নত্তে।" অসুম্না পুক্লিং থৌগৎতুনা ঙাইরিবৈঙসিদা তোমাল মথক্তগী শা'দ্রোং শাংনা ফ্রং লাওনা চোংথরক্লগা চপ লেপই "ইস" হায়রম্লগা খংকম ফমথখি, ফমথবা য়োত্রিবৈঙদা "ইক" হায়বগা খংলেপ অমুক লেপখংলকই। ঐ পুমঙক ঙক্লে। তৌরিসিবু তম্নরিবা হায়বহুরা। ঐ কিবদি পোক্তে। অহুবু পাক হেক চংশিনবদি তৌদ্রি। হায়রিবা অপূম্বসি সেকেন্দ অমগী মন্নুংদা থোক্লিবা মতৌনি। ইশেং শেংনা উরে, নুপীনি, মখৌরিদগী থৌরী, কোঙ্গোইহু শিংতোকপা হোংনরি। ঐসু ভাব ত্যুরে, মা থৌরী য়ানবনি, তোমাল অহুনা নেম্মনথিহনা মখোঙ লৈবাক ফংবনি মানা ফমথকবা অহুদা থৌরীহুনা খংপন পনবনি। ঐসু মেন থারহুনা হৌগৎলে, মনাক্তা প্রপ প্রপ চংশিল্লে, মাদি ইবেলৈগী মচানুপী যুবতি ওইরম্মে। ঐনা "যুবতিরা" হায়হুনা হংলুবদগীদি মা কপখোক্খ্রে। মঙক্তগী থৌরী কোঙ্গোইহু লৌথোকপিরে. "ফমথৌ ফমথৌ' হায়হুনা ফমথহল্লে। করিগী তৌরু-রিবনো হায়হুনা হংলুবু খুমদে, হিক হিক কপ্তুনা লৈরে। তাঞ্জা অসিদা হংলুব করিসু কাম্নরোই খল্লহনা ঐসু ঙাইহাক ফমহুনা লৈরে। ঘড়ী য়েংবদা নোংয়ায় মতুং পুং অহুম য়োরক্কদোরে। থেংলে ঐ থিনজিন-বিরম্লগে হৌগংলো হায়ববু হৌগত্রে। মসুম্না মী থেংনখ্রগদি ফত্রে হায়হুনা ঐনা তোমালদগী থৌরীহু লৌথোক্লুরে, মানা হৌগৎলো হায়বা য়াত্রবহুদদি মশা পায়হুনা চিংথ'লে, অনাবা মী:দৌনা ঐনা কোনশিন্দুনা পুশিল্লে, মখোইগী মাঙ্গোল য়োরে। 'চংঙো নহোই ইমাখোই তারক্লবদি য়া য়া লাউরনি, নংগী ফুংঙাইতবশিংহু ঐঙোন্দা হায়য়ু, ঐনা ওয়া মখৈ

হোৎনবিগনি, ঐ কনাদস্থ তমথোকলোই, ঙসিদি চংঙো।" যুবতি চংখ্রে।

ঐনা হল্লকপদা খল্লি, "মাবু কুমসি মেত্রিক থাখিবরা ? পরিক্ষা ফেল ওইরহুনা শিগে তৌরমলিব্রা ? মতুস্থ ওইবা য়াই। মা, শিথিবদি পাম্মুই, লৈকাই অসিদা মামুক মণক ফজবী ছাত্রী য়াওদে, মমাগী মতৌ আসনা মাবুস্থ চেম্ববিবগী রাদনি।

অতুবু, পাৎথী কোমথীদা শাৎপা থম্বাল, লাইদ কৎহৈদে হায়রব রাদি, লৈতে। অস্থন্না মণ্ডল মণ্ডল খন্দুনা য়ুম য়ৌরে। ঐ চাক চাব্রে, ফম্মুংদা অহুম চংলে।

ঐনা যুবতিবু কোনশিন্দুনা পুন্নিঙৈদদি, করিস্থ খল্লুদে। হৌজিক্তি, ফম্মুংদা হিপ্ন হিপ্ন, থম্মোই অসি ইতাউ তাউই, যুবতিবু কোন্দুনা পুন্নি।

নোংঙানবগ কুপ্পোদা তমগে খনবনি, অতুবু তমথোক্লীংদ্রে। ঐদি, মহৌশানা পুক্ক রা লোত্তুনা থম্বসি হৈনদবনি, অতুবু, মসিমদি চান্ননা হেক্তা তমথোক্লীংদ্রে।

যুবতিনা শিগে তৌরম্বা অতুগী মরমসি খঙনিংবনা ঐ, মতা অমা ওইরে। মথোইদ চংলুসিন্না খনবস্থ, মহৌশাদি চংদবনিন হঙ্গোইরে। মথোই থোঙ্গালদকা চত্তুনা উনবরা য়েংগদবস্থ, মীনা খঙখ্রগ, ঐবু করি হায়খিনি, অস্থন্ন ইতোমত্ত পংখন খক্সিনখিহুনা থোংবম থোঙ্গল মপাদকা ঐ, তুবৎ চৎপা ঙমদ্রে।

অথেঙবা অহিংদ. মহাক অমুকস্থ শিগে-লাক্কে তৌরগদ্রা হায়রহুনা, ঐহাক মরক মরক্ত হেক হেক য়েংলুই থেংনদে।

কাং হুমিৎনি। ঙসিদি শোন্নদনা উনব য়ারে খন্দুনা ঐস্থ, মথোইগী থোঙ্গালদ কাং য়ৌরকপা তাঙ্গাহু, ঙাইহুনা লৈরে।

"জয়, জগন্নাথ, প্রভু জগন্নাথ" হায়রহুনা কাং য়ৌরক্লে। থোংবম ইবেলৈ, লুপ্রাবীনি হায়বদনী, তৌথোরকপদা মীনা হেনখিব য়াব নত্তে ; শ্রীজগবন্ধুগী হৈরুক্লা মথোইগী থোঙ্গাল মপাদো, মথেল মথেল য়েংবদা মিৎ পেল্লী।

ময়াম খোংবম যুবতি ফজৈ হায়নবতুবুদি ঐসু তাবনী। অতুদা থোইদোক্ত পুক্কিং থিংজিল্লুবা লৈরমদবনিনা, য়ে নিংলমদে। মহাক মশক ফজৈ হায়বতুমদি অতুম মখণ্ডই। অতুবু ঙসিদি, মখোইগী থোঙ্গালদ মমান্নবী মখোয় মরি মঙাগা লে' মিন্নবতুদা যুবতিনা ফজবসি হায়নিংঙাই লৈত্রে, পংকদ ফজখ্রে।

যুবতি, চুম্ন ফজবত নত্তে, য়াম্নসু চীং লেম্মী। মমান্নবীশিংনা রা রা নোকপদ মাদি, মচিন্ত মরেংঙি। ঐনা মিৎ কুপ্তব মখৈ, মাবু য়েংহুনা থোকখিব অহিংগী থৌদোক্ত ; নিংশিংহুনা মুল্লিঙৈদা মান্নু ঐবু মুল্লেমখৈ য়েংহুনা লৈরম্মে। ঐনা খজিক্তং নোকফেং তৌরুববু, মাদি শুকথ-থোকখ্রে। ঐসু ইকাইরতুনা মায় লৈথোক্লে।

কাংন মখোইগী থোঙ্গাল লাম্থোরক্লবদ, মমান্নবীশিংনা মাবু, চৎলুখিসী হায়বগুম তরুরি। অতুবু ঐগী আশা অরেম্বা ওইরে, যুবতি ময়ুমদ হল্লিনখরে। ঐসু ওস্তানা য়ুমদ হল্লিল্ল।

ঐনা নোক্লুরগা, মানা শুকথখ্রিব অসিবু, করি হায়রিব্বনো ? ঐ ভাব তাব ঙমদ্রে।

মুংদাং অথেংবদা ঐ, তুম্ব য়াত্রহুনা, তোমাল মখোঙ তানা লাক্লে। তোমাল মখোঙমক্তগা, মী অমা লেপ্পা উই, থর চংশিল্লগদি, যুবতি ওইরম্মে। ঐগী থম্মোই, তিং তিং চোংঙি। প্রপ প্রপ চংশিন্দুনা—

"ঙসিদি থৌরী য়াঙদ্রবরা ?" হংঙুরে। করি তাবতগী হংঙু-রিবনো খঙদে।

"য়াওদে"

"অতুদি, কৈদৌরম্মীনো ?"

"কৈসু তৌদে।"

ঐ, রা মখা তাকম খঙদ্রে। ওহাক লেপ্লগা ঐ ফমথরে।

"ফমথরকউদনা।"

যুবতি ফমথরকই। ঐনা ঐগী লিংজেল মখৈ ফুদোক্লুনা—

"নহাক য়াম্না মুংঙাইতনা উই, ঐনা ওম্বা ওইরবদি নত্তে পাংগে, করিনো নংনা মুংঙাইত্রিবতু ঐস্ন খঙগেদনা ?"

"খঙলুরগ করি কায়গনি।"

"খঙবদদি খঙজগেদনা।"

"অছুদি খঙেঙা"

"কৈদোরে হায়রোদনা ?"

"হাউবম তোমচৌ খঙইদনা ?"

'খঙই।" মখা তাররক্লে।

"অছু কৈদৌরবা ?"

"ঐখোইদা অহিং অহিং লেকই।"

"কয়া কুইরবা ?"

"খা অনি-হুম।"

"মানা অহিং লেক্লগা কৈদোগে ?"

"কৈদোগে হায়বা। হোয়. কৈন্নু তৌদে।"

"যুবতি, মছু নহাক্কী লাইবক্নি। ইমাদা নহাক্না কয়য়া মারকউবা ওমগনি।"

"অছুনা ঐ মপান থোরকলিবসিনি।"

"লৈশাবীনা অহিংদা মপান থোক্লগা করি থোকনি, নহাক করিমত্তা থল্লরবা ?"

"ঐখোই ইমুংদা হিংছুনা লৈগদবগী শরুকপুদি ঐ শিজখিবনা হেন্না কৈ, য়ুম অসিদা ঐ স্নক্লে লৈজনিংত্রে" অসি হায়রগা লুকথরে হিক হিক কপলে।

"ফত্তে কপকমু, কপ্লগা কৈকায়নি, কপকনু সে" হায়ছুনা ঐনা মরেংবান্দা পায়রুই। মাস্নু ঐঙোন্দা নকশিল্লকই, ঐঙোন্দা ভাথছল্লগা ঐনা কোনশিনবিরে। ওস্নোকপানি, অহিং কয়া তুমজবা কনলক্লগ্রে ঐঙোন্দা ভাথছনা অহুম তুমত্রে। খুৎ-নামনা মাগী মকোক্তা নায় নায়ছুনা ঐনা খনখি ঐগী পুক্লিদা ওসিগী পুক্লিদা ওসিগী পুংজা অদিত্তদ মুত্তোইবা

কয়াবুক কংলকখিগনি ? সংসার অসিদা ঐমুক মুংঙাইবসু ময়াওরমগত্রা ?
ঐনা লেঙলগা মহাক তুম্বা কায়খ্রগনি থন্দুনা ঐ লেঙ লাকপা তৌখিদ্রে।
কমত্তুম তুম্বনি কয়া কুইনবুদি তুম্নুগনি? যুবতি মিকপ থোক্লে, "ও!
তাম্মো" হায়রগা চৎথোক্লুনা কমথ্রে।

মতমসি থেংলে চংলসি হায়দুনা ঐনা মাঙ্গোল কাওবা থিন-
জিনবিরমলে।

হয়েংসু থোরকত্রা হায়নদি হংহৌদ্রে ঐসি পংমল্লি হায়দুনা
ইতোমতা চৈজদুনা হল্লক্লে।

মথং মুমিৎ নিনি অদু অথেংবা অহিংদা মা থোরকনি হায়বা আশাদা
ঐহাক তোমাল মথক্ত লোৎতুনা ঙাইরুই; অদুবু যুবতি থোরক্তে।

খর লৈরগা ঐহাক গৌহাটিদা চৎলে। গৌহাটি য়ৌরগা থরাইসি
অসুম মুংঙাইরক্তে। যুবতিগী থম্মোই খঙদোরক্কবসি ঐহাক য়াম্না
লাল্লম্মে, মরমদি ঐনা পোত্থাকম খংদ্রিবসি যুবতিগী রাখলননি হায়বা
ভাব তারক্লে।

থা অনিরোম লৈরগা দুর্গাপূজাগী ছুটিদা ঐ য়ুম য়ৌরক্লে। য়ুম
হেক য়ৌবগা পোত্থাদ্রে। ঈশিং অশাবদুনা শেংনা ইরুজথোক্লগা পোৎ
মরোম মচা অমা পায়রদুনা যুবতি উনবা চৎলে। ময়ুমদা হেক্তা চংলগে
হায়দুনা লাকপনি, অদুবু মখোই থোঙ্গাল য়ৌবদা ঐগী থৌনা মাঙখ্রে।
ওসিগী মুমিৎতা যুবতি উননবা উপাই অমদি খিদবা য়াদ্রে হায়দুনা
যুবতিখোইগী মথাখংবদা লৈবা সলামদা চংঙে, জোয়কুমার লৈরা হংঙুরে।
জোয়কুমারসিদি ইখাগী অঙাংনি, ক্লাস টেনদা তম্লীবনি। ঐনা খিরুকম
ইথোক থোক্তনা মাবু থিরুবদুদা মাসু ইঙক ঙক্লদুনা—

"তামো করি থবকীনো?"

"মেত্রিক্তী কোইসন পায়রবদি গৌহাটিদগী থাবিরক্তে, নখোই অদুম
মরি পুনশিন্নরগা চত্তি মঙা তরুক্তী চেল্লু হায়গে তৌবনি।"

কদায়দগী থোরকপা বুদ্ধিনো য়াম্না ফনা থোকল্লুরে।

"তামো অদুদি পৈশা কয়া চংগনি?

"হেৱা, পৈশা য়ামদবনি সেট অমদা শিকিদমক পীবনি পৈশাহুবুদি নখোইনা কোন্না হঞ্জিল্লকলবসু য়াইদা" হায়রুনা থোঙ্গাললোমদ থোরক্লে।

"তামো অহুদি খৱ থুনা থাবিরকউ।"

"হোয়দা মহুবুদি ঐ হেক্তা থাবিরকে, অহুগা ঐ নঙোন্দা রা অমতংসু হংগে তৌবনি।"

"করি রানো?"

"থোংবমগী যুবতিদি মেত্রিক থাররোই হায়রা? থাদৌব ওইরদি মাসু কোইসন পাম্লব্বা য়াই।

'মাদি নহালনা চেনখ্রেনা।"

"কনাদা!"

'অ—মখোই মমা কোয়রম্বা হাওবমগী তোমচৌদা।"

"ও! অহুক অহল ওইরবহুদা......"

"ইচে যুবতিহু মপুক কংঙক্তুনা চেনবনে হায়য়ে।

"ফরে চংহোরো।" হায়রম্লগা ঐ প্রপ প্রপ লাকলে।

তোমাল পাম্বীহু হেক উবদা ঐহাক লাম্থোক্তুনা চংপা ঙমত্রে। তপ্না তপ্না মখোং তান্না চংশিল্লে, ফনথরে। য়াম্না কুইনা কম্লুরমাল্লে, খুং-শা পুমইং ইংঙম্মে। ঐ হৌগৎলগে তৌবনা নাকলদগী পোৎ মরোমদো নিংশিংলকলে, তপ্না হাংদোক্লে মহাক্লীদমক থরাইনা পামজনা লৈরক্লবা ফুরিংফিদো, লৌথোক্তুনা তোমাল মখোঙদা থমলে, শামু ময়াগী খুজি জুরাদো, ফুরিংফি মথক অহুদা তোঙান তোঙান থমলে, নোম্বহুনা খুজি অনি অহুদা চুপ্লে, তপ্না হৌগৎলগা থোরকলে। খৱ চংথোরক্লগা হুন্না অমুক্তং য়েংলুববু তোমাল মখোঙদা মী অমা লেপগুম উই।

ঐ অমুক পনবা তৌদনা য়ুম য়ৌরক্লে।

# পুখ্রী অচৌবা

হৈনৌবোকী পুখ্রী অচৌবসি হুমিদাংরাইব্রমদদি ঈশিং শোকপীশিংনা পিক থল্লি। কনাগুম্বীনা ঈশিং শোকচিন্নবস্থ য়াওমাল্লে, কোন মচা অমনা হন্না হন্না হোল্লবস্থ য়াওই। মাগীদু কোন অচৌব লৈজদনা নত্রগা পুক্লাউ অহুস্থ পুবা ইকাইহনা তৌব মওইব্রিগত্রা ?

লম অসিগী পাখং মচামখৈস্থ, হুমিদাংরাইরম সিনেমা হোল মমাংদ ময়াম্না চারিবসিঙায়, পুখ্রী অচৌবসিগী অকোয়বদা চারিবা।

অত্রদি পাখং ওইজরবস্থ, খুল অসিগী নৌন লিংখৎপা স্কুল অসিগী হেডমাষ্টরনি হায়দুনা খর লেমজনিংবগ, মানা লাকুনা লৈরিবসিনগ নৌরিবসিনা ওইরমাল্লে, পুখ্রী অচৌবগী হুমিদাংরাইরম কুম্মেদা ভোয়ন য়াওরদে। মা য়াওনিংদবদি নত্তে, মরক মরক্ত পুখ্রী অচৌবসিগী মনাক্তা হৌরিবা মম্নিং চংলিবা খোংনাংপাম্বী অচৌবা অসিগী মরমদা হংজিন্নদুনা হেক হেক লৈপ্লে।

খোংনাং অসি চহি কয়া ওরবা ? মীরোল কয়া হৌরক্লবা ? রাইংশিং অসিনি মানা খর কোইরোইদবা মীতাদা হংলিবা। মী অদুনা পিরকপা পাউখুমদো মানা খক চুম্মী হায়দে। হংলুরিবা মানা হেন্না খণ্ডধগী মওংদা ওনসিন্দুনা হেক্তা তাকশিল্লি। উগী মকুদা য়েংলগা চপ চাবী খণ্ডগদবনি, মীরোল অমা হায়বসি লাইরিকী মচুং ইন্না চহি ২৫। ২৫ না শাগদবনি ; অসিনচিংবসি হায়জিনদুনা ক্লাসদা অণ্ডাং তাকপিবগী ভাব

অহু হেক্তা তৌই। মাগী য়া অহুদা ঙক্ক থোকলহুনা খৱনা মনাক্ত চংশিল্লকপা থোক্লবদি, পুত্রীদগী লৈশাবীশিং অহুস্থ তাননবা মওংদা, ভদ্রগী খোঞ্জেলদি খৱগ য়াংখৎলকই।

পুত্রী অচৌবগী মুমিদাংয়াইরমগী কুম্মৈ অসিদা ম্নাওদবী অয়ুক্কী তাল্লক্তা মদোম শান্নবী, নাইতোম তাবি মুয়া অমথক্তি শজিক থবানা থোকপগুম সিড়িদা মতোমত ফন্নম্বা, ভদ্রনা হোবে হোবে স্কুল কারমদাই ইরুবা থোৱকপদা থেংনবসি অনি অহুমলক শুৱে।

মতোমত লৈরম্মী হায়দে, শক-গুণ চংখোনবহুনা ভদ্রস্থ মুয়া অহুগী মাইথোংদ মুন্না য়েংশিল্লুবফাও ঙমজদে। পাকলবা সিড়ি অহুগী ঈশিংগা তাইনবা থাক অহুদা মতাই ওইৱপ ফমহুনা মুয়া-ননবোই কৱিবোই তৌহুনা অহুম লৈহৌই।

নোংমাইজিং মুমিংকী অয়ুক অমা, ভদ্রনা ঙন্তা ইরুগে থোৱকপদা, নাইতোম তাবি মুয়াসি ফমহুনা লৈরমলে। ভদ্রস্থ মহাক্না খন্দুনা লাকপহু চুমলে হায়রমাল্লে মাইথোং মকা লাম্লে। মুপী খরস্থ ইরুজবা থোৱকপা উবহুদা ভদ্রসি সিড়িদগী খর হন্দোক্লগা ফমহুনা লৈৱে।

মুপীশিং অহু ইরুজব লোইরহুনা ঈশিং শোকলগ কাখৎলকলে, ফমহৌৱিবী মুজা অহুদা—"জান্ধো, লৈহৌখিদ্রা ?" হায়রম্মী। পাউখুম ঙাইব য়াহং নত্তে, অহুম পন্দনা কাখ্রে।

ভদ্রদি মুরা অসিগী মমিং খঙহৌৱে হায়হুনা হৱাউ হৱাউ মঙক থাঙৎহুনা য়েংজরুই, জান্ধোদি মরু লুকথখৱে। মুয়ানা মরু লুকথখিবসি ভদ্রদি, মহাকপু মুংশিৱহুনা তৌৱিবনি হায়না লৌৱহুনা মুংঙাইরে। ঙসাই মথৈ জান্ধোনা ফমহুনা ঙাইরিবসি মহাকপুনি হায়ব ভাব অসিদা ভদ্রসি মথৌনা ফগৎলকলে। মখোয় অনিত ঙায়হৌৱবা তাঙ্গা অসিদা ভদ্র হৌগৎলকলে। মহাক্না সিড়ি মথক্তগী য়েংথখিবদা, মখাদা ঈশিংগা তাইনবা থাক অহুগী চিদাইদ, থোঙ্গাই চন্দুনা কন্নীবী মুয়াগী ভৌৱব হকচাংদা ঙাংলবা কনেক অহুনা চোংলহুনা নপশিনখিব অহুদদি, মহৌশা থুংশেমগী হৈশিংবদো ময়েক শেংনা উৱে। ভদ্রনা মখিন ফুদোক্তুনা—

"ইবেম্মা ঐসু কুমথজবক্কে য়াগদ্রা?"

"লেংথবিরকউ তাদ।"

হরাউ হরাউ য়াম্না কুমথবকহন্নিংবগী মওংদা-খুম্নকপা অহুপা ভদ্রহ মুংঙাইখিবনা মখোঙ থাংবা থোক্কে হায়হু য়ৌরে। সিড়ি মথাদা কুমথহুনা ইকজবা হৌরে। মহাক্না ইক ইকনা করি হায়সিগে খল্লি—

"ইবেম্ম, পুথী মনুংদা কৌনা হৌরিবসিবু ঈশিং কংথরক্লবসু অসুম মহৌত্রা?"

"হৌ মাল্লে তাদ, ঐসু কয়া মুন্না খঙজদে।"

ভদ্রগী রারী মখা লৈত্রে। ইকজবসু লোইশিল্লকলে। অহুবু জাঙ্কোদি মশাদ ঈশিং হৈথহুনা শাম্নরী। মানা হায়রিবসি রারী শাখিসি হায়রিমাল্লে খল্লহুনা ভদ্রনা মশা তংথায় অমা ঈশিংদা লুপশিল্লগা, মুজা অহুদা চান্নলা হেক মায় ওনসিনবদি ঙমদ্রহুনা মমায় লৈথোক্লগা—

"ইবেম্মখোইগী শঙ্গাইবু অশ্বাইদা লৈবরা?"

"অহোয়।"

"অসিদগী কয়াম লাপ্পগে?"

"লাপ্পে।"

ঙসাইদি হরাউ হরাউ খুম্নগা হৌজিক্তি ইতন তন্না খুমদব য়াদে মতাগুম খুহসিনদি, রারী শাননিংবগী ভাব লৈত্রে হায়বা অহুম খঙবা য়ারবনি। অহুবু; ভদ্রদি নিংথমথাদ মুংশা য়াইবগুম মতম হৌগ্রে হায়বা থংল্লে, মুংঙাইরি, ঈশিংদা লুপ্তুনা শাম্নরি।

লাংদ থুরবী চেল্লানা, পাইদি পাইনিং পাইবদি ঙমদ, শাদানব উবদা কনবিরু হায়জবগুম, মরোলদি থোক্ত, চিংন চিংন য়েংবা মিৎয়েংদো, হৌজিক মুরা অসিনা ভদ্রদা য়েংহুনা লৈরে। মহু উক্লবগা ভদ্রদি শাদানবনা ত্রোবগুম খোইন ময়াই কাগ্রে। তাঞ্জা অসিদা মুপী অমা লাকুনা—

"ইবেম্মা কারক্লোদনা, ইমাদি মুংশাবু থীরুয়ে।"

মমা লাল্লবা অহুদদি জাক্কোদো মপি মতুম মতুম শিন্থরক্লে। ভত্রনা ইওক ঙক্লহুনা মমাহুদা য়েংখৎলুববু মমা অসিনা ভত্রদা খারবা মিৎয়েংনা য়েংহুনা লৈরম্মে। ভত্র প্রপ প্রপ তৈথোকলগা কারকলে, মুরাহু ময়াগা লৈহৌরি।

ভত্রনা চাক চানা চানা খল্লি—জাক্কোনা ঐহাক্কীদমক মরিৎত মপি শিন্থবা ঙম্লবা। মহাক্কী মতৌ অসিদি অশেংবা মুংশিব হায়রবহু শোধদনা ওইব তাই। মুপীমচা অমনা ঐহাকপু অসি য়ৌনা নিংলবদা ঐনদি কবিগী নিংলোই? মশক হায়র খুল অসিদা মামুক কজব অনি গুরম্মোই। মরমচৎ য়েংলবম্নু, মম্নামগী ঈরাং য়াওদবী নাইতোম তাবি চেক্লানি। লাইবক্ত তম্নকপগী ঐগা থেংনরুবদা মুংশিনরুবদনি। ঐখোই অনিগী মনুংশিনা অসিবুনি ইংলিশতা হায়রিবা—"লভ এৎ ফার্ষ্ট সাইট" হায়রবহু।

চাকচা ভোল্লগা ফত্র ফম্মুংদা লোংনা হিপ্লগা খল্লি—জাক্কো অসি লাইররম্বা য়াই, মহু বেরা লৈতে। ঐদি মুপীগী মপাল তাংহুনা হিংগদবা মীশক নত্তে। মহাক অসি লরাই নিংঙোলনি, লরাই নিংঙোল ওইরগা কৈদোগে? লমদবু লরাই ইম্ফাল খায়বনি, মীদদি খায়দেনা। মী মহাক অহুগী লমচৎ শাজৎ অহুনা লরাই মচা তারগদি ইম্ফালদ লৈগে লৈসন্নু কোন্নুংদা পোকে পোকসন্নু, ময়াম্না মাবু "লরাই মচা" হায়বসি ঙাম্লনে। অহুনদি, জাক্কোবু ঐনা পুক্কিগী লোইনবী ওইনা লৌবদা অকায়বা কক্সিম্নু লৈ। মসি ঐহাক্কী মোৎ নত্তে, ফাওরবা চানক্যম্নু হায়রম্মীবনি—অতোনবা জাৎতগীম্নু শক-গুণবু চংথোম্লবদি লৌখৎপা য়াই।

মুমিৎ অসিদগী হৌন ভত্রসি মুমিদাংবাইরম পুগ্রী মপান মুক্ষেদা য়াওরখিত্রে। অমুক, পুগ্রী অচৌব অসিদা নাইতোম তারবী চেক্লাহুবু ঙাইহুনা লৈত্রে, অহুবু অরাবনি অম্নকী তাক্লকা মত্যেম থোরকপী মুরালো অমুক হম্না থেংনখিত্রে। নোংম্নু মংদনা খিকথরকপা লাইজগুম অমুক অমা শিন্থরম্বা পিয়াং অহুন ভিন্ন বিদায়নি হায়রবম্নু?

ভদ্র মণ্ডল মণ্ডল থল্লক্লে—মহাকপু থাজ য়োননখিবা লৈহুনা মমানা চথোকহন্দ্রবরা ? নহাল মমানা শাউনা য়েংজম্বা মিৎয়েং অহুদি অতোপ্পা অমদা থাজথ্রবা মচানুপীবু, ঐগা মুংশিনরম্বা মতৌ উবদা শাউহুনা য়েংবা নত্তনা অতৈ মরম লৈত্তে।

অহুবু। ঐহাক্কী মুংশি ঈখৌ লাংলবা চাক্লবা থম্মোই লৈকংলা মুরাগী মিংলুদগী শিন্থবিরম্বা মুংশি লাইজনা চোৎলৈ, প্রেমগী ঈকুৎ কংখিদরবা ঈচেলগী খোংলম তৌবদি পাঙ্খং ঐগী ইখৌনি।

ভদ্র, মপুক্লিংদা পংচাক চাকচবতনি, জাঙ্কোবু উনরুনবা উপাইদি হোৎনরুবা ইওম ওমদে। করম্না জাঙ্কোবু খিক্লনি ? কনাদা হংলুনি মাদি স্কুলগী হেডমাষ্টরনি। নাশোলখজিক্তং কংখিবদা রা রা লাউরকুনা মহাক স্কুলদ কম্বা ওম্মোই। মহৌশাদগী মমায় শোঞ্জহুনা লাক্লবা ভদ্রনি।

মুমিদাং খুদিং মথরাই য়াওনা ইরম্বা চিঠিদো মুমিদাংরাইরম মতোমত পাজরগা হেক হেক শেগায়। চিঠি পিবিরুনবা মী লৈতহুনা তৌত্রা ? জাঙ্কোদি লাইরিক হৈরম্মোই খন্দুনা ভোকথ্রা ? নত্রগা মপুক্লিংগী রাখলবু চিঠি অহুনা কোংদোকপদা য়ৌত্রহুনা শেগায়রিত্রা ? অমবু ওইরবম্ভ অমবু ওইরবম্ভ মুশাং মুংদাংসি চিঠি ইহুনা লেপ্লি।

থা অমরোমগী মতুংনি। নোংম অযুক, ভদ্রনা চিন্তা তৌরহুনা পুখ্রী অচৌবতম্ভ অস্থম লাকপদা, মদোম থোরকপী মুরাদো সিড়িদা ফমহুনা লৈব উরে। ভদ্র হু হনখিহুনা মফি হোংদোক্লগা ইরুজবা থোরক্লে। ওসিদি, কুমথরকপা য়াগত্রা হায়হুগা হং খোৎপা তৌদ্রে। ইপান্থাদা ঈরম ফুল্লুরবা ঈচেলনা ঈথৈ কংবদা চেনথখিবহু ওায়ত্রে ; ভদ্র প্রেপ প্রেপ অহুম কুমথখরে।

"ইরুজবিরিত্রা ?"

"অহোয়"

"ঐসু লুজগে ভৌবনি।"

"কনি।"

ভদ্র ঐশিংদ কুমথহুনা ঈরুজবা হৌরে। ওসিদি ভদ্রসি মরিন য়াম্না ফরে। থা অমা চুপ্পা শেম শাকবহ্ তাঞ্জা ফংলিভৈদা লাইবক য়েংহৌরগে হায়রমাল্লে—

"ইবেম্ম রা অমত্তা হংজগে হায়রবু অশেংবা তাকপিগদ্রা ?"

"করি রা ওইরবনো, ঐনা অখণ্ডবা ওইরবদি করিগী তাক্কদগে।"

"ইবেম্মদনা খণ্ডগদবা রানি।"

জাঙ্কো খুম্লক্করে। ভদ্রনা হায়গদৌরিবা রাহ্ মানা হাম্না খণ্ডলবরা করিনো মরু লুকথখরে।

"ইবেম্মনা খুম্বীদ্রবস্থ ঐহাক্তি হংজবা তারে।"

"হংবিয়ু কৈদৌগে।"

"ঐগী আশা অসিবু মপুং ফাহনবিগদৌরিব্রা ?"

জাঙ্কোদো মরু লুকথহুনা লৈখ্রে।

"ওসিদি ইবেম্মনা অশেংবা অমতং তাকপিরমদবা য়াদ্রে।"

খুম্বগী মহুৎতা জাঙ্কোদো মপি শিম্বুরক্লে।

নোংমস্থ মফম অসিমক্তদা নুরা অসিমক্কী মিংলুদ পিরাংনা শিনখিবনি। অদুবু, ওসিগী জাঙ্কোগী মিংৎম্না থম্বালদগী শিম্বুরকলিব লাইজ অসিগদি অর্থ খেন্নরমাল্লে, য়েংবদা অরাবগী মশক ওইরে।

ওম্মোকপনি! লাঙ্গোই চম্নবী শজি অমোম্না অতোপ্পা লম্বী উরক্ত্রবদা শাদানবা ভম্না ফুজিল্লকপগুম, ভদ্রনা তকশিল্লকপদা লৈথোকফম লৈত্রহুনা মায়োক্লরগে হায়রমাল্লে জাঙ্কোদো মমায় থাঙ্গৎলকলে, ভদ্রদা শংত্রিক য়েংলগা—

"ঐদি অদোমগী মতিক চাবী নৎচদে।"

'ঐহাক্কীদি নহাক্লা লোইরে, মতিক চাব চাদবগী রাদ কোইথোকপিরম্ম, অশেংবা তাকপিরো।"

"ঐনা শেংনা হায়জরিব অসিনি, ঐদি অদোমগী মতিক চাবী মুপী নত্তে।"

"ঐবু নুংশিবিদ্রগা ইশেং শেংনা নুংশিদে হেক্তা হায়বিন্নু ঐহাক শাউজরোই, খুল অসি থাদোক্নুনা চৎচখিগনি।"

মতাং .অসিদা জাক্কোগী চিনবান্দা অর্থনা থল্লবা মিনোক অমা হাইকেং ভৌখি—

হায়মাল্লে—নুংশিবা। ঐগীদি নুংশিবনা পিক থল্লী—ঐদি নুংশিবা শিবা ওম্মী, লৌশিনবদনি ঐনা ওমদবা—নুংশিবা হাপ্পবা পাত্রদো ঐগীদি শরুক থুংবিরমদ্রে মপুনা।

"খুম্বীরো, অশেংবা হায়বিরো।"

"ঐদি ব্রা ফজনা হাযবনু হৈজদে, ঐগীদি হাযজরিবসিনি, ঐহাক্তী অদোম্না নুংশিবীবদা মতিক চাদ্রবীনি।"

"ঐবু থাজবিদ্রে, ফরে, ঐনা হৌজিক ঈশিং অসি পায়হনা থাশকচরিব অসিনি—ইবেম্মনা ওসি অশেংবা খুম্বীরমদ্রবদি ঐহাক খুল অসি থাদোক্নুনা চৎখ্রগনি, থক্তা থোক্লিব নুমিৎ অমদি খুৎতা পায়রিবা ঈশিং। অনি অসিনা শাক্তি ওইরসনু। পীরো অশেংবা পাউথুম হায়বীরো ঐবু নুংশিবিব্রা নুংশিবিদব্রা ? খুম্মো।"

"ফরে খুমজরগে অশেংবা।"

অসি হায়রগা নুরা'দো সিড়িদা মখুং-শৌরহনা হৌগৎলকলে।

ভদ্র কোকচাওবী ফুং কাখ্রে। মকোক ভাওখ্রমাল্লে মখুং অনিনা সিড়িদা শৌহনা মমিৎ উইশিন্দুনা লৈখ্রে।

মরোং চুম্নবা পাম্বীনা, মালংগী শাফুদা হাইনা হুম্না খাওবগুম, মপুং কারবা নুম্নাগী হকচাংবু শোয়রবা মখোঙ অনি অহনা অমুক্কনু কোনশিনখিহনা তুরোই ভাম্লোই পুরিবদো কয়ম্না য়েংগনি।

জাক্কোদি কাখ্রে, ভদ্রদি নুংগী মূর্ত্তিগুম পুথ্রীদা যুংহৌরে।